Regd. No. RN 34203/79 New Delhi Kangleikhol No. 75

KANGLEIKHOL



9TH YEAR OF PUBLICATION OCTOBER 1987 MERA 3384

**মনাম্বরী লাইনীং, পুন্সিরোল, থৌনা কাংলোন, পুন্সিরোন হুলা, ইনাং,**
**লোইননিলোনগী অমত চাইব মনাই পুন্সিকমগী থাগী চেকোং**



হা ইমা ইমা ও
ঐথোয়গী লাকে ইমা ও।
লোং চুই লাকনু
লেম্পাক তুম্থনা মলংকে।
পখী পালি লাকনু
চৈথু সুহুন মলাক।
ইংখায়না হায়বং চাউবগ
চাউব বাংগাল ফাবগ
সহেন থোংগী থো যাউদ
সমু তোংহুন লাকপদ
ইমা নংবু কাউজরোই।
হা ইমা ইমা ও।

খাগেম্বন কৈথেল ১০ তোংব
হুইগী সুরুং
ইমালোল নৈনবসি
মীতৈ চম্পূ।

# কংলৈখোল

ইপাম মৈয়োবে লাংচিং মৈতাকে ইন্দুমিংবৌ লৈতবরা থাগী মৈয়ত্না।

— লমাই ২৫৩৬ কী মথা

'নখোয়ন চংসিল্লিবহ চুম্নবনি লেপকনু, অহুবু ঐখোয়দি য়াদ্রে-লোয়সিল্লক্ত মতমনি নখোয়গীহ থৌংব তৌদে য়াদব লৈতে' নচিংব।

অহুবু মরকসিদ সনামহী লাইনিংবু যজন নিংথিন খঙদ্রিব অমস্তু চৎত্রিব স্থপগী মমীংতদ অপোকপ মরূপ/মীতৈ ফ্রূপ মীংথোনব মসাগী লাইনিংগী সক্তাক পীব ঙমজদ্রিব অমসুং মসান মসাবু কুপন মুম্ন খঙদ্রিব-সিংন লমদমসিগী অচুম্ব পাম্ব নহারোল পীবা-চম্বরাসিংগী মফমদ মরাং মরাংব চমম্নব কয়া পোকহল্লি—কনাগী অপোকপ মরূপ ফুৈদ্রে চংব মীতৈ ফ্রূপ/মরূপ অমসুং ঈথৌ ঈকান সিদবনচিংব কয়া হায়দুন মরী মখোং সম্নদবগুম্ব লমজিং রারী মথাদ নৌজবিব পুক্লিং কয়া থকচান-নিংহম্নহল্লি; অহুবু কনার সোনাই বেরবাক-চান্দপুরদ লৈরিব 'কংলৈ ঈনা সিন্দম লুপকী মীৎযেংদি থাগ্ন তাম্ন সম্ন য়েংহুন মৈন রাই তাংন স হক্লব সনামহী লাইনিংগী অমসুং ঈপানাৎ-ঈপুনাৎকী ঈহৌগী খোংজং নিংহম্নব লৈতন চংসিল্লি।

রাবোইসিন:— মালেমগী লমজেলগী খোংজেলদ কংলৈ ঐখোয়দ সাথিন সোথরি। সোথরিবসিংগী মমুংদ মপান লমগী ক লৈচাসিংগী মরক্ত মসাগী মফ্রূপকী তুংগী লাইবক লেপ্নগদৌরি নহারোল পীবা-চম্বরা কয়াগী অচুম্ব লম্বীগী অসেংব খোংথাংদ ঙসিং লাম্ন হংলিব হংফম থোক্তুব কাউস্তাব রাহং কয়ান চৎফেৎনব চনৈন অমম্ব পোকহল্লি অমসুং বাথল লময়ৌন সেংন থনব ঙমজদ্রিব অচুম্বা পাম্ব, অওনবগী য়াওলদ লৈরিব কয়াদ লাম্ন ওম্ন-তৈনন লমজিং পী হৌই। মসিমক ঐখোয়গী থুম্নাইসিগী লাইবক থীবনি অমসুং মিৎ থুবনি হায়বদ হায়মনব থোকলোই, থোক্তে।

থুদিংমক অসিগী বাংমদ অপাকপ মীৎয়েংন তাম্ন চুম্ন সম্ন য়েংব থম্মোয় চাওব ওইগনি নীংই অমসুং তুংগী লাইবক অম লেপ্নগদৌরি নহারোন পীবা-চম্বরাসিংগী অচুম্ব অসেংব খোংজংদ মীৎয়েং কারম্নদ হেম্ন পুল্লিদ য়াইফব পুরকনি থল্লি। +

# KHORIROI SANGLUP
## ( Editorial Board )

**KANGLEIKHOL**

**Office of the Kangleikhol**

**(Regd. No. RN 34203/79 New Delhi)**
**R.M.C. Road, Naga Mapal, Imphal**
**Pin : 795001. The largest circulated**
**Journal of its kind in the North East**
**Region of India.**

## সনাই পানা সিন্দমসং

ভারত লৈঙাক্লোম্ন মাগী মাগী লমগী চাওখংলোন মাঙহন্দনা থন্নমব লৈঙাক পথাপ্ত ইহ্রন থন্নি। সেলগী মতেং অমদি রাথন্নোনগী মতেং কয়া পিন্নি। কংলৈপাক অসিগী মসাগী চাওখংলোন অমম্নুং সক্তমদি মহুবু য়োকই হায়ন্নন সিঃহুন থন্নিব লোয়নংদ পুবিন্নিব ঈবুংঙো ঈবেম্মসিং অসিন য়াকংমলব চৌংমী তন্মৈসিংনি থত্তুন থৌরম থুনিংমক লৈঙাক পথাপগী ফুন্নিংথাউদ লৌথোক্লগ হাপচিন্দুন সান্নি। লৈঙাক পথাপ্ন লন্নাই ফুন্নিংথাউদ হাপ্লগ চংলিব লৈঙাক মনাইসিং অসি মপু ওইরবোই থন্দুন তৌনিংঙত তৌনরি। ঈনাং, লোল, ময়েক, মীহোয়োল, লোইনসিলোন অমদি সক্তম মাঙহন্দন থন্নবগী মথৌদাং পুন্নমক পুমতোক তোকথোকদবনি হায়ব পুকচেল মচা অম চংথনরি। মাঙমব তৌবন হেন্ন পান্নল লৈবনি; হেন্ন মিংয়েং পান্নবনি হায়ন থন্নি।

মনাগী মথোক স্নাঙংচরগ ইসাগী থন্দব পুকচেল চাউবনি হায়ন মতোমত থনজব, অউব অউনদি, অতোম লৈপাকী মীনদি মকোক লৈতব অপংবনি হায়ন্নন সোকপিমব অকন অথৌ লাইরিক হৈবসিংচন লৈপাক অসিগী ঈনাং কলহয়ব ন্নিংলিব 'স্তেং কলা একাদেমি' 'আর্ট এন্দ কলচর

দিপার্তমেন্ত' 'ইদ্রকেসন দিপার্তমেন্ত' অসিগী মকোক, মথং, ময়ায়, মথৈ ওইছুন লৈরবদি লমদম অসিগী চৎনবী, ঊনাৎ, লোনচং অমত্তম্ব হিংল-রোই। সক্তম মাওহম্নব হোংনব্নিব ফলব চাবসিং মায়থিব পিগদবনি, মথোয়ব্ অচুম্ব লম্বীদ লমজিংবিনব থৌরাং তৌহৌগদবনি।

## লমদমসিগী ওইব সিন্দমসং

লমদম অসিগী সক্তম মাওহম্নক্লিব, থৌসাব্নব য়ী মচাসিং বাখল ভ'রম্নব থবক ওইন ঐথোয় উৎকম থোকই থবকসিং অহুম্ন মঙ্গল লমদমসিগ চান্নন, কৎথোকপগী বাখলগ লোয়ননা জিংথৎপ মহৈসং, সিন্দম-সং ( স্কুল ) কয়াগী মথৌ তাই। নৌম্নিব পুন্সিদগী মসাগী মহেক, মসাগী মীহৌবাল, মসাগী মনাৎ অমদি ভারত পুবগী সেমগৎনবিব অমদম্ব অমদম্ব থওহনফম থোকপ মরামগী ওইব লৌসিংসিং লমদম অসিগী লাইরিক হৈব হৈবী নহারোলসিংন ভম্বিকম থোকই। মপান্দগী মিসন স্কুল কয়া লাক্লপ লমদমসিগী থৌগল্লোন. চংন লম্বী পুম্নমক মাওহম্নব তৌম্নক্লিব পুম্নমক কলহৌগদবনি। মথোয়দম্ব লমদমসিগী চৎমলম্বী য়াওন অতাংসিংদ ওম্বী-ননব পাউতাক লৈত্তাক লোয়সংন পিবিফম থোকই। মত্রবদি কংলৈপাক অসি মপান্দগী লাকপ মপুকচেল পিকপ থমন পুনিংব মায়কৈদ হেক্ত পুব য়াব মমল হোংখ্রব মীওই ভাক্ত লৈম্নব ওইন, তৌরক্লগনি।

## সলাই পানা সিন্দমসাং

হোজক সনামহা লাইমিংগী পোককম কংলৈপাক অসিদ সনামহী লাইনিংগী পানা থোকতুন কংলৈপাক অমদি ভারত্ত লৈত্তাকলোনগ চান্নন মৌম্নিব অতাংসিং মহৈ তম্বীব হৌগৎহৌরগদবনি। থবক কংদহুন লৈম্নিব চহুমা শীবা পুম্নবক সনামহী লাইনিংগী পানা থোকতুন পানা সিন্দমসং ( মিনন স্কুল ) লিংবদ অমৈব মতৌং মুলোকপ মতম মোম্নে। সনামহী

লাইনিংগী পানা সিন্দমসংসিং (সলাই পানা সিন্দমসংসিং) লিংথুনা লমদমসিগ চান্নন নৌরিব অঙাংসিং মহৈ তম্বীনব থৌরাং সলাই পুন্সিফম হৌজিক হৌজিক পায়খৎলক্লিব অসি মতম অসিগ য়াম্ন চান্নরব তঙাই ফত্রবা লম্বী অমনি।

সলাই পানা সিনদমসং কয়া লিংলকপ অসিন তুংগী লম্বী লৈরক্লব নহারোল লিসিং কয়া থবক পিবত নত্তন সলাই পুন্সিফমগী ফিদম মথাদ ব, গনজা, কানি, যৈথু থকুন পুন্সিবু মাংহল্লিব অসিদগী কলহৌব ঙম্লগনি। নিংব কাইবগী মহুত্ত অনৌব থৌনা অমগী ফুদোকফমম্ন ওইগনি।

মীগী চৎনবীসিদ নমহুন পুনব হোৎনরিব মপুকচেল পিকপ মিসন স্কুলসিং অসিদগীদি মথোয়গী উজ্জাসিংদগী ক্লাস হেনব, মতিক চাব হেনব লমদমসিগী নহারোল লাইরিক হৈবসিংন লমদমসিগী সুংসিৎক চান্ননা তম্বীরকপ মহৈ থুত্তম্বীন সরুক ১০০ হেন্ন ফব হেনগনি। অহুম তৌরবদি নোংম নোংমগী মাংসিনক্লিব কংলৈপাক অসিগী সত্তমম্ন (আইদেন্তিতিবুম্ন) নৌন হৌরক্লিব নহারোলসিংসিগী হাকথক্তদি কলহৌব ঙম্লগনি। মীপুম খুদিংন পানা সিন্দমফম (মিসন স্কুল) লমদমসিগী সনামহী লাইনিংগী কাংলোন মথাদ লিংলকপদ পুক্নিং থৌগৎপিফম থোকই।

---

—কংলৈপাক রেফফলগী তিকেৎ লৌবায়ু—

"সলাই পানা সিন্দমসংগী সংলেন সাবদ তেংবাংবীয়ু"

তিকেৎ মমল : লু: ১০/—চৈচৎ ৩১—১২—৮৭ ইং

মফম : ওরিয়েন্তেল কলেজ লম্পাক ইম্ফাল

মতম : সুংথিল পুং অনি

কংফম : কংলৈপাক থৌসিনকোন ময়াই সংলেন, তেরা অমস্নুং কংলৈথোলগী এজেন্তসিং।

অহানব মনা—মারুতি কার (অম)

লোয়নন মথক—মথেলগী মনা ৩৩ অমগ থমজরি।

---



লাইনীং লাতম

লাইনীং নৈনসং
সলাই পুন্সিফম

# হিরি লাংসুংগী কাংলোন

( ইপুধৌ ইবেনধৌ তোংলকপগী অরোইবা সরুক )

মমাংগী কংলৈখোল চেক্ফোং ৯ দ কংলৈপাক অসিদ ইখঙ খঙ'হৌদন ইপুধৌ ইবেনধৌ তোংলকপগী হৌরককম, করম্ব হৌরকপ, করিগী হৌরকপ তোংলকলগ করি করি মওংদ লাইপাউ পিরকপ কয়া নৈনখ্রে। পুক্নিংগী অঙকপ মপাঙ্গল কয়াগী অমমমত ওইন নৈনবা সরুকসিংসু ফোংখ্রে। অসিগুম্ব কংলৈপাক্ত তোয়না থোকপ পুক্নিংগী ৱারীসিংসিগ মালেমসিগা মক্কম কয়াদ লৈরিবা মান্নবা ৱারী কয়া চাংদম্নবা অমদি পুক্নিংলোয় (সাই-কোলোজিস্ত) কয়ান অনৌবা নৈনরো। কয়া চথরকপ মতেক মতেক ওইন লাংন নৈনবসু মমাংগী চেক্ফোং ৯ দ ফোংদোকখ্রে। মাংগী ৱা হায়বা, তুংদ থোক্কদবা ৱা হায়বা, খুংসেল কাংলোনগা মালেমসিদ চৎনরিবা অতৈ অতৈ ৱারী কয়াগী নৈনবসু চেক্ফোংসিদ হাপখ্রে। লাইপাউ পিরম্ব লাই তোংবা অমন করম্ব মাংথরকপ, করম্ব হম্বরকপ, করম্ব লাইপাউ পিবদ লাল্লকপ — মসুবু করম্ব পাম্বৈন মা হন্দন থম্ব য়াবনো হায়বগী মতাংদসু নৈনখ্রে। হৌজিক লোয়শিনবা সরুক অসিদ হীরী লাংসুংগী কাংলোন নৈনরি।

# যাহৌদোক

মাংগী; ফুংগী অমদি অরাম্বগী বাবু হেক উবদৌন হায়খ হায়বসি অচম্ব পুক্নিংগী থৌরম অম নত্তে। মাইব দাক্তর অমত্তন লায়ঙেৎব ওমজ্রব লায়না অম মংতাক্তগী খঙলকপ হীদাক অম তৌবদগী কথিব অনাব মসীং নাইদন লৈরিবসি অমম থাজগী অপাংব যাথল থক ওইব য়ারোই। মালেম পুম্বন কিনরিব এদোলফ হিতলর মংতাক অমন মপুন্সি কনথি-বনি। মহাক্ক মংতাক অহু থৌওইরমজ্ঞবদি লানমী মচা অম ওইবদগী ছেল্লমলোই মহুতম্ব নত্তে নহা ওইন সিগ্রগদবনি। হিতলরদ নহা ওই-রিঙৈদ ওস্ত্রিয়ান কোরপোরেল ওইন বাবরিয়ান লানমীগী কাংলুপ্ত লাল চংখি। পুং থরদং লাল লেপ্পহন পোখানরিঙৈগী মতমদ হিতলরন হেক তুমথবগ মসা অসি লৈপাক অমদি য়োং মচেৎ মকায়ন কোম ফনদ ফুমজিন্দুন সিবগী মং অম মংখি। থুদক্ত হিতলরন মিকপ থোরক্তুন মান তুমলম্ব মফম অহু থাদোক্তুন লাপ্ন চখোকলম্মী। থুদক্ত য়েক্রবগী বোয় পোকখায়হন হিতলরগ তুম্মীয়রম্ব লানমী অহু বোম অহুন তৌথায়রব কোম মম্নুংদ্রদ লৈপাক অমদি য়োং মচেৎ মকায়সিংন ফুমজিন্দুন সিরম্মী। তাইবংপান্দ কাউব নাইররোইদব মীওইপোক অম হিতলরন ওইব ওমস্ত্রিবসি মহাক্কী মংতাক অহুননি' মুমিৎ অহুদ সিরম্নবদি কনানম্ব হিতলরগী মমিং তাখিরমলোই। খু ইদগী মতিক ময়ায় লৈবসিংগী মফমদ অফব মংতাক কয়া তত্তন সিখবগী যারী মালেমসিদ মসীং লাকওমদন লৈ।

মালেম অসিন কাউররোইদব ইউ, এস, এ গী এম্ন প্রেসিদেন্ত অব্রাহম লিনকোনগী মংতাক অমন মহাক কাপ্তুন হাৎলগনি হায়বগী পাউ পিখি। লিনকোন মসান মহাক্কী মীসিংদ পাউ অসি হায়াখবনি। অহুবু অপংব থক্তদবন কুস্রোম ওইরব মীওইসিং অহুন মংগী যাবু হায়হুন চৌওইখিদবদগী অব্রাহম লিনকোন জান বিলকেস বুথন মুম্মিৎ থরনিগী ফুংদ কাপহুন

হাংখিবনি। নেপোলিয়ন্দি মংতাক্ত চেকসিলহৌদবদগী রাজত্বলুগী লানকমদ মাবখিব লৈবকত্রব মপাঙ্গল লৈরব মুপা অসি লোইখি।

পুক্নিংগী অশুকপ অমস্তুং কান্নরব অতাংব মপাঙ্গল কয়া লৈ হায়বসি মীওইবন খঙদবদগী অচৌব থবক কয়া মাঙতন্নি ফাওগদব মীওই কয়ান কাংথ থাং ওইদুনা মাঙই। অসিগুম্ব পুক্নিংগী মপাঙ্গল অসি করিগুম্বদ মংতাক্ত উংলি. করিগুম্বদ লাইকাও তৌরকই. করিগুম্বদ অতোম্বা মিরেলগী তাইবং 'এস্ত্রেল প্লেন' অম সকখঙদবদ উংলকই, করিগুম্বদ মাংদ থোকখিব থৌথাংকপ উব ঙম্বদ থোকই. করিগুম্বগন তুংদ থোকদব রাকম মাংক্তোনন খঙবদ ফংদাকই, করিগুম্বদ অরাপ্প মকমদ থোকপ থৌপোক রাথাকপ উব ঙম্বদ ফংদাকই. করিগুম্বদ মীন খঙব ঙমদ্রব লায়নাসিং সায়েংনব পাম্মি খঙবদ উংথাকই। মীওইবগী তাংলব লৌসিং কয়া পিবিব অশুকপ পক্নিংগী পাঙ্গলসিং অসি মীওইবন মসক খঙব ঙম্মবদি পোকপগী মতম যায়রবগী অচৌব লম্বী কয়া সেমজব ঙমগনি। পুক্নিংগী তাংলব পাঙ্গলসিং অসিবু পন্না লাকসিন্দুনা থম ঙমদলিব অমদি মসক খঙদলিব তাংলব কাংলোন অমগী মমিংনি "হীরী লাংস্নুংলোন" হায়নসি।

হীরী লাংস্নুংলোন কৌবিনো :- "কংলৈপাক্তা চিংউরান্দ (ফিলোসাফিদ) মীওইবন তোংনকমনগী পাম্মৈন তানজব পাঙ্গলবু মতিক মযায়বু "য়োই" হায়না কৌই। মীওইবগী পুক্নিদ মসাদ য়াওজরকলব, মপুন পিবিরকলব মতিক মযায়বু 'হী' কৌই। 'হী' অত্তুগী মরী-লৈকলম্ব 'হীরী' কৌই। পোকলব পুন্সিবু চিংউরোন্দ 'লাং' কৌই, 'লাং অসি ওল্লকপবু 'লাংওল্লকপ' কৌই। লাং-পুন্সি অসিগী তাসিন্নকপ স্নুংজিন্নকপ খ্বাইদগী মচি ওইব সরুক চংসিন্নকপগী কাংলোনবু 'লাং-স্নুং-লোন' কৌই।

অদুন হীরী লাংস্নুংলোন হায়রগ তাইবং মপুন মীওইবদ পিবিরকলব লাংওল (মপোক) অদুমগী খ্বাইদগী মচি ওইব পুন্নমক্তা স্নুংজিন্নকম



## মসি মীহৌরোনগী ৱারিমী
### ( থাগেম্বন কৈথেল ১০ হোংব )



মৈদিংগু থাগেম্ব কংলৈপাক্কী মীহৌরোল্দ চাউরা মকম কল্লিন নিংথৌনি। মসা হাকথক্ত কৈথেল ১০ চহি অমত্তদ হোংহনহায়দগী পুংসম সেমগৎখি। লৈপাক্কী সেল থুম অমদি ললোন ইতিক্কী কয়াৎ নিংথিন য়াৎপ ওয়নব কংলৈপাক্কী ভাগ্ন লৈনফ কৈথেল ১০ অমুক হন্ন চাওখৎহনখি। নৌন অমক সেমদোকখি। লৈপাক মীযামদ ললোন ইতিক্কী ইহৌ অম পিননব হোংনখি। তাংকক অসি কংলৈচাসিংগী মমল য়াম্নব খোংহৌ অম ওইখি।

মলিয়া কুমসিং ৩০১১ স্বনদ মৈদিংগু থাগেম্বন ইহান হায়্ন সনা কৈথেল ( খ্বাই কৈথেল ) অসি লাংগোই মরাম্ন থাগ থান নিংথৌ চেংকোং থক্ত থোম্ন হাংখি। মথংদ চহিসিদ থা কৈথেল হোংলে, পান্ব কৈমুন খাদ থাই নিংথৌ সায়িন থক্ত থাম্লে। মথংদ কাইবুং কৈথেল হোংখি, খারিকি লোংফমনে। মথংদ মোইরাং কৈথেল আচৌব হোংলে, মা ১০০ থোমখিয়ে। মথংদ থুমন কৈথেল হোংখি, খাম্নিগী লোংফমনে। মথংদ মৈদিংগু থাগেম্বন চাইরেন কৈথেল হোংখি। অম্ন্ন কানতোং কৈথেল, তথেল কৈথেল, অনৌবা কৈথেল মথং মথং হেম্ন চাউথোকহন্দুন হোংখি। কৈথেল ০ হোংব অসিন মাঘকৈ খদিংমক্কী ললোন ঈতিক তৌনহনবগী লম য়াৎপ হৌগৎখি। কৈথেল অমগ অমগ ফাওনহনখি। তাংকক অসিন মীহৌরোল্দ অহোংব অম পিব্রকখি। +

তিন্নগিনবন্না ওইব মতিক মন্নাব অহু হোৌদোকুন মলক থওমবগী কাংলোন অহুবু থওমগনি।

হীগী প্যাকথোকপ রাহস্থোক:—'হী' হায়ব রাহৈন মহী (লিকুইদ) ওইববুস্ন থওনৈ। মহী হায়বসিদ থৌরাঘ ৫ অসি লোম্নন তিল্লি। পোংচাক্ত হায়বগ মৈ-ঈসিং-নুংসিং—লৈপাক অতিয়া ৫ অসিগী সরুকপু থৌরায় ৫ হায়ন লাইনিং লম্বীদ থওনৈ। থৌরায ৫ অসিগী মমুংদ মৈ ঈসিং-নুংসিং অহুম অসিন পুক্নি লৌশিন সান্নবদ খ্বাইদগী চেন্না থৌদাং লৌই। ৩ অসিগী মমুংদ ঈসিংন খাইদগী তিন্নকম নুংঙিনকম ওই। মৈগী মৈসাবুস্ন ঈসিংন ফাক্লিন্দুন থম্ব ঙম্মী, ঈসিং মসামক্তম মৈসাসি তিলহন্দুন ঈসিং অসাব ওইন থম্ব ঙম্মী, নোংলাংগী (ইলেকট্রি-সিতিগী) মৈরিবুস্ন (করেন্তবুস্ন) মসাদ চপসিন্দুন থম্ব ঙমই। নুমিৎপুম্ন ঈসিংন মসা মমুংদ তিলসিনহন্নব ঙমই। মাংলামগী তাইবংদ হান্নন নুংসিং (ওক্সিজেন) ১ হান্নন নুংসিং (হাইদ্রোজেন) ২ তিন্নবগ ঈসিং ওই হায়বসি পুন্নমক্ন থওনরবনি। মাগী কাংথুলদি (ফোর্মুলাদি) $H^2O$ = water অসিনি। ঈসিং ওনথ্রবদি নুংসিং মথল ২ অসি নুংসিং কাওব ওইত্রে 'মহী' ওইখ্রে।

মথক্কী অসুম্ন লৈপাক্কী সরুকপু ঈসিংন চুপসিন্দুন থম্ব ঙমই। নোংগী ঈসিংদ য়াওদব মচাক কয়া ঈসিং ঈচেলদ য়াওরি। য়োংকী সরুক, থুমগী সরুক; মথল মথেল কন্নাগী সরুকসিং ঈসিংগী মসাদ চুপসিন্দুন থম্ব ঙমই। অতিয়া অহাংবগী সরুকপু কোংগোল ওইন ফাজিন্দুন থমব ঙমই, ঈসিংগী মনিল ওইন অহাংব অতিয়া অসি পুমথুং থুংন সন্দোক্ন লৈবস্ন ঙমই: মযহনব ঙমই। পোংচাক অম ঈসিংন থুগাইরগ অহাংব কোংগোল পোকহনবস্ন ঙমই।

মহী হান্নবসিদ পোংচাক পুন্নথক তিনসিনহনব; লৌসিনব; চুপসিনব ঙম্মী। অসুম্ন থৌরায ৫ পী থৌরম; পুক্লিংগী পাজল অমদি থৌরায

মিরেল (সেলফ) অসিগী মতিক মথায় পুন্নমক্কী তিনকম ওই হায়রুন মীওইবগী পুন্সিদ য়াওরকলব মতিক ময়ায় অসিবু মহীপ চাংদনরুন 'হী' কৌরব য়াবগী থুদম পিনিংঙাই বায় লৈ।

মালেমসিদ ফংলিব পোৎচাক পুন্নমক্কী হেন্নব পুন্নমক্কী তাসিনরুগ ওইখিব, মুম্মিংকী মঙালন অমুত্তং মঙোন্দ কুখিবদ থোরকপ ঙমদরুন চুপসিন্দুন মঙালচুবু ফাজিন্দুন থমখিবদগী অছিংদন্থ ঙাম্নুন লৈরিব মমল য়াম্লব মুং অত্তুবু হী' কৌরি। 'হীরা' কৌরুন কনবদ; মমল যাঙ্গদ ফংঙম-অব তাংলব পোৎ অম ওইন লৈরি। অত্তুন থুাইদগী হেনব চপসিনব ঙব, লৌসিনব ঙব্বগী মপান নাইদর পাঙ্গল লৈব পোৎসকপ 'হী' হায়রুন কংলৈলোন্দ মমিং থোন্নি।

অত্তুন মীওইবগী ্লিদ সিজিন্নরীব 'হী' অসিন্থ লৌসিং পুন্নমক্কী তিনকম, মঙাল পুন্নমক্কী চুপসিনকম, উদব থঙদব লৈত্রন মতিক মযায় অত্তুবু থঙনৈ হায়রদ চিংনফম লৈত্তে। অত্তগ 'হীরী কোনব' হাযব সাজেল অহু নৈনবদন্থ মপান নাইত্রব মঙাল অমদি য়াথল লৌসিংগী তিনকম অসি তাকম মতিক মযায় অত্তুবু 'হী' কৌই হায়বসি তাকই। অত্তুগুম্ব মতিক ময়ায় অহু হৌদোক্তুন মীওইবন য়াথল-লৌসিং লৈব, পোকপগী মচে য়াম্লব পুন্সি অম ওইতম্নব হোৎনবদ চংলিব সাজেল-পাঙ্গল অত্তুবু 'হীরী লাংল্লংলোন' হায়ন থঙনৈ।

লাই তোংবসিংন হীবী কোনব তমগদবনি: — ইপুধৌ ইবেনধৌ তোংলম্বসিংন কুইরুগ মাংথরকপ, হায়গী মতিক মযায় অহু লৈরক্কব হেক হেক তোয়ন উনখিবসি মক ওইন হীরী কোনবগী সাজেল অসি সাম্রুন লেংদন মপাঙ্গল পুন্নমক য়োক্তুন থমগদবনি। লাইতোংব-সিংন লাই তোংলিলৈদত অতাংব পোৎ কয়া উরগ লাই তোংলব মতমদদি কম্নিমত্ত থঙদব মীচম অমগুম্ন লৈবন্থ মসীং য়াম্মী। উখিব পোৎসিং অতুগী য়াহয়োক শিব হৈত্তুন ইচুম চুব বাকমদ বাহয়োক লাম্ন হন্দোক্তুন

অরানব ৱাংব তাখিব লাই তোংবগী খৌথোক কয়াম্থ লৈ। অম্মু য়াহন-থোক লায় হন্দোকপগী খৌথোক ১০ গী মথক্ত য়ারেং ইজরিব ইসাম্মক্ত থেংনজখ্রে। য়াহম্বোক হৈত্তবদগী লাই তোংলিব মসামক্ত চংনব য়ায়-রোইদব য়াহৈ থর হায়জিল্লকপগী ভাংকক অসি য়ায় খুদোং থিনিংঙাইনি। খৌথোক অমথক্ত মহাক্না ইপুথৌহুন কাঙলোনগী খৈরোয়থেকী খোঙজোং খোঙচৎ অহু পিরকপদ লাই তোংলিবসিন মীত্তৈ ময়েকী সক্তম অচুম্বহু মসিনা হায়হুন তাক্লিবনি হায়ন লৌহুন মীয়ামগ মরৈ য়েৎনরম্বন্স থেংনৈ।

পুন্নমক অসি পুক্লিংগী সাজেল ভৌকম থোক্লব লাইনিংলোয় অমন নত্রগ ইপুথৌ ইবেনথৌ তোংলিব অমন 'হৌরী লাংসুং' নিংথিন থঙদব-দগী থোক্লিবনি। পুক্লিংগী থ্বাইদগী ৱাংব 'হৌরী লাংসুংলোন' অসি নিংথিন থঙলবদি অমসুং উজা নাইহুন চাং নাইন সাজেল অসি ঔরায়-রবদি অরানব কয়া লাম্লক্লোই। হৌরী কোনববু নিংথিন ঙম্নবদি মমল য়াম্নব লৌসং কয়া, মপান নাইরব পুক্লিংগী তাইবং অমদি পুন্সিদ কাম্নব লৌসিং কয়া কংব ঙমই। অরাপ অনক, মাংথুং কয়া উব ঙম্নকই। পুক্লিংগী লৈরোল কয়া মথং মথং থঙব ঙমলকই।

## য়ারোইসিন

য়ায় সমজিল্লবদ ইপুথৌ ইবেনথৌ তোংলিব অমন চাকহেল-ঙাহেল-য়েলহেন কয়াগী কাংলোন ঙাকদবনি। অথঙ অহৈ উজা নাইগদবনি। লাইন তাকলগ লোইরে হায়হুন অথঙ অহৈগী মরা লৌদব লাই তোংবনু য়ায় লৈ। মথোয় অহু কুইন চংনব য়ারকলোই। য়ামগ্রবদ পুক্লিংগী অমদি লাইনিং লম্বীগী কাংলোন নিংথিন থঙব অথঙবসিং থনগদবনি। সেংলমদব পুক্লিংগী পাজল মসক [illegible]কলব অমদি হেনগৎহন্নব পুন্নমক ঙাম্মোকহনবীব ওম্ব হৌরী কোনবগী সাজেল চাং নাইন সাম্নগদবনি। পুন্নমক হৌরীরোল্ল কোমসিপ্পন য়োক্ত্ন মাংহন্দন থম্ব ঙম্নই। +

# কাংলোনগী তাইবং
## নিংসা হোনবগী কাংলোন



হয়েন কৌব থুংসিং ( ওক্সিজেন গ্যাস ) অসিন মীওইবগী হিংনবগী পাবৈদ থ্বাইদগী মরু ওই। হয়েন থুংসিং অসিগী সরুক ক.দব মরুমদ খোঙায়পানব অমত্ত লৈব য়াবোই। থুংসিং মথল অসিন হিংবগী থোবায় ওইরিব ঈগী সরুক অঙকপ থবক কয়া তৌই। হায়রিব হয়েন থুংসিং ( ওক্সিজেন ) অসি হুকচাংগী ঈদ লোৌসিনব অমদি হ্ চেনব মীওইববু মিহনব ওয় থুংসিং অমগোন ( থম=সিব ) অসিবুন হুকচাংগী মপান্দ তাঙ্খোকখিবগী থৌরমবু "নিংলা হোনব" হায়না কৌই। নিংসা হোন্দোক হোনজিন তৌব থৌরম অসিন মীওইববু হিংহল্লি, সিবদগী ক'ল্লি।

নিংসা চিংসিনব :— হয়েন ( সিংজি হঙ্গিন থুংসিং মথল পুন্নমক্তগী থ্বায়দগী মরু ওইব থ্বাবদগী হেনব হয+জেন ) থুংসিং অসিবু হুকচাং মহুংদ লোৌসিনবগী থৌরমবু নিংলা চিংসিনব কৌই।

(i) নিংসা হোন্দোক হোনজিলগী কাংলোনদ হকচাংন কয়াং ৩ থক সিজিন্নৈ। কয়াং ৩ অহুগী মমুংদগী কয়াং ২ নিংসা চিংসিল্লকপদ সিজিন্নৈ। কয়াং ১ অসিগী মমুংদগী অহানব অতুন থবোম্বীগী লৌকম্নি (লংস রিসেপ্তরস)। থবোম্বী (লংস) অসিগী হুয়েন কৌব মুংসিংপু লৌসিন্নব মকমবু থবোম্বীগী লৌকম (লংস রিসেপ্তরস) হায়ন খঙনৈ। "থবোম্বী লৌকম" অসিন মীওইবগী কোক্তী লেমফুদ লৈব নিংসা হোনবগী থৌরম পুব সরুক পাউ পি। মীওইবগী কোক্তী লেমফুন থবোম্বী অসিগী চাউথোকপ অমুক পিকসিনব সান্নবগী থৌরম সিম্বরকই।

(ii) নিংসা চিংসিনবগী থৌরমদ ২ সুব থবক পাংথোক্লিব কয়াং-পুন "পোৎচাক লৌফম" (কেমোরিসেপ্তরস) কৌই। পোৎচাক লৌফম অসিন পোৎচাক লৌফমসিং অসি থবোম্বীগী কেরোত্তিদ আর্তরিজ অমসুং ঔরতা কৌব সরুক ২ অসিদ সরুক থম্ন লৈ। মখোয়ন মীওই-বগী হকচাংদ পোৎচাক ওইন য়াওরিব হুয়েন (ওক্সিজেন), মুংসিংকী চাং অসি মতম পুম্নমক্ত চাং তম্ন পুহুন লৈ। হেন্দোক হেনজিন থল তম্ন থম্নব অয়ুক-মুংখিল-মুমিদাং খায়দন পোথাব লৈতন থবক নোমহুন লৈ।

মীওইবগী ঈদ হুয়েন মুংসিংকী চাং হম্বয়কুন হিংবদ অকায়ব লাকপৌরব মতমদ পোৎচাক লৌফমসিং (কেমোরিসেপতরস) অসিন লেমফুদ পাউ পি। লেম্ফুগী থৌরম নিংসা হোনজিনবগী থবক থুজিন-হন্নব থুদক্ত থৌরাং তৌরকই, অমুম্ন বাংলিব পোৎচাকসিং অম্ম হমজিনহন্নব হোংনৈ। অমুম্ন মীওইববু সিহন্দে, হিংহন লৈব ভমহাল্ল।

নিংসা হোন্দোকপ :— নিংসা হোনবগী কাংলোন্দ থবক তৌরিব ৩ সুব কয়াংসিং অসিগু পোৎচাক লৌফমসিংনি (কেমোরিসেপ্তরস)। লৈফমদি থৈন্নৈ। ২ সুব মথক্তী লৌফমসিংন মরু ওইন কেরোত্তিদ আর্তরিসিং অমদি ঔরতা কৌব থবোম্বীগী সরুকসিংদ লৈ।

# হুইগী সুরুং

মালেমসিগী মফম কয়ামরুমদ হুইন চংলুবদ সিব মীন চংবদদি সিদব সুরুং কয়ামরুম লৈ। অসিগুম্ব সুরুংসিং অসিবু হুইগী সুরুং (দোগ-কেপ) হায়না মালেমসিন খঙৈ।

মরম ঃ থমগোল ( কার্বোন দাইওক্সাইদ ) মুংসিং অসি মী অমমুং সা-ঙা-উচেক-বায়া কয়ামরুমগী খুদোং থিনিংঙাই ওইব হু চেনব অমনি। থমগোল মুংসিং অসি চীংদ অয়াম্ব তুং তুংহুন লৈ। মরম অহুন চীংগী মুংসিংপু মৈথাবদ মীতৈ অসৈবসিংন 'থমগোল মুংসিং' হায়না মিংথোল্লম্মী। মসিগী মরমদী থমগোল অসিন হয়েন 'ওক্সিজেন) মুংসিত্তগী লুম্ব হেল্লি। লুম্ব হেনব অসিন মুংসিং সিত্তব, মুংসিংম লেং-ওংপ লৈত্তব মুমুমুংগী সুরুংগুম্ব মফমসিংদ তুং তুংহুন লৈ। মফম অহুদ থোরায় পানবসিংন চংলুবদ সিগনি।

অহুবু সুরুং অহুদ তুংহুন লৈরিব থমগোলগী চা অসি য়াম্ন থেল্লদি মীগী খ্বাংমুক্তমক রাংন লৈরবদি মীদি সুরুংহুদ চংবদ সিরোই। অহুগ মীহুগ লোইনহুন চংনিররিব হুই ১ য়াওরবাদ হুই অহুদি সীগনী। মরমদী হুইগী মরেপ অহু নেম্ব মরম থমগোল মুংসিং ঙাক্ত সিংসা হোনজিল্লগনি। মী অহুদি রাংবনীন নিংসা চৌংসিনবদ মুংসিং মথক অসি য়াওরোই। মসীবু হুইগী সুরুং হায়না কৌই।

মরম অসীন খুম্বোকপ (এদভেনচর তৌব) কাংবুম সুরুং চংবদ হুই পুনরীবসী কাংলোন নাইব লোসীং অমনী। +

লেমহৌরিব লৌকমসিংন (কেমোরিসেপ্তরস) ও স্নব নিংসা হোনবগী থৌরম অসি পুই।

ও স্নব লৌকমসিং (রিসেপ্তরস) অসিন হকচাংদ লৈব হ্য় চেনব মুংসিং থমগোল (কার্বোন দাইওক্সাইদ) অসিগী চাংবু লাকসিনব হোৎনৈ। মীওইবগী ঈদ থমগোল কৌব মুংসিংকী চাংন হেনগৎলক্লবদি সিব য়াবগী থুদোংথিব লৈ। হ্য় অসিন হেনগৎলকপগী পাউ অসি লেমফুন হেক কংবগ নিংসা হোনব অসি লুম্ন সাংন হোন্দোক হোনজিন তৌনব থৌরাং তৌরকই। অস্নুম হকচাংগী মপান্দ হ্য়সিং অসি তাহোকখিদ্রন মীওইবগী পুন্সিবু কন্নব হোৎনৈ।

থমগোলবু সুক্তান কান্নদবদি কৌব য়াদে :— মমাংদৈদ থমগোল (কার্বোন দাইওক্সাইদ) কৌব হ্যগী মসক ওইব মুংসিং অসি হকচাংদ স্নককান কান্নদব, মীওইববু সিহনব ওস্ব অমনি হায়বত্তমক খঙনরম্মী। অদুবু হৌজিক্তি কাংলোল্লোয়সিংন (সাইন্তিস্তসিংন থমগোলগী কান্নব লৈ হায়বসি মিংথিন চাংয়েং তৌদুন খঙলে।

থমগোল মুংসিংন ফয়েন্নচিংব লৈরিব অতে মুংসিং মথলসিংগ তিন্নরগ ছিংবদ চংদব য়াত্রব নিংসা হোন্দোক হোজিন তৌবগী থৌরম অসিবু মপুং ফাহল্লি। হ্য় কাব মুংসিং মথল অসিন নিংসা হোম্বিংহনবগী ময়ায় কাব অম পোকহনবদ মতেং পাংই। মরম অদুন পোৎচাক ১ ওইন থমগোল মুংসিং অসি অমাং অতা থোকহন্দুন কান্নবদ্র নিংসা হোন্দোক হোজিন্দ মতেং পাংব মরম নাকল ১দগী ছিংবদ মতেং পিদে হান্নবদি য়াদে।

নিংসা থিংবগী সাজেল :— মালেমসিগী মফম কয়াদ নিংসা থিংবগী সাজেল তৌনৈ। মসিদ থবক কয়াদ কান্নব পি। জাপানগী মুক্তা থুনবদ সিনফম ওইবী লৈসাবী কয়ামক্রম লৈ। ঈসিং অন্নবদগী মুক্তা থুনবদ সিনফম ওইবী জাপানিজ লৈসাবীসিং অসিদি ঈসিং

মতুংদ মিনিং ৪ দনী ৬ কাওব নিংসা থিংলগ থরক পাংথোকই। লৈপা-
বীসিং অসিগী থুংলমল অসি "মিনিং কয়া নিংসা থিংব ওয়রগে"
হায়বগী চাংদগী লেপ্পি। নিংসা সাংন থিংব ওয়ন থুংলমল রাংই।

কাংলৈপাক অসিদসু নিংসা সাংন থিংহন্নবা ঈসিং মথাদ ঙা ফাবগী সংবল থিংব থিংগুল থিব, মাঙথিব সমাম্নচিংব থুনব অমদি ঈসিংদ তাগন সিগ্রবসিংগী অসিব মশা থিবদ নিংথিন থৌদাং লৌব ওয়রী রাক্ক লৈরকই। হৌজিক কাওবদ মী থরদি লৈরি। কা মতম অচৌব অমা চংলগ পয়া পরল অম লোইবকাওব ঈসিং মথাদ নিংসা হোন্দন, থিংলগ পুনব ওয়ব মী কাংলৈপাক লৈরকই। মখোয়ন কা অসি নিংসা থিংবগী পাংগ অম ওইন সিজিন্নৈ, কা অসিন ঈসিং মতুংদ লৈব ওয়হন্নবগী মৈসা ঈরুবগী থৌরমদসু সিজিন্নৈ।

নিংসা থিংলবদি রাম্বুবরক্নি :— নিংসা থিংবগী মাজেল ফন লৈদনসু থকিল্লকুং চাং হেনজিনথিল্লদ মী অতু রাম্বরকনি। ঈসিংদ ঈকপ্প কাংবগী মবঙ্গী ঈসিং মতুংদ রাম্বহন খুদোং থিথিব রারী কয়া লৈ। মতুগী মরম লৈ।

(i) মীওইবগী ঈদ হুম্মেন মুংসিংকী চাং কাযহনব যাদে। চাং অসি রাংলবদি মীওইবন থিংব ওয়দে।

(ii) মীওইবগী ঈগী ঈচেলদ হুম্মেন মুংসিংকী চাং রাংলক্লবদি লেমকুদ পাউ থুদক্ক পি। পাউ হেক ফংবগ লেমকুন নিংসা হোমবদ থুজিনহল্লকনি। অম্মু থুদোংথিবক্কদগী কল্লি।

(iii) অতুমু হুম্মেন মুংসিংকী চাং অসিন মতম কুইন নিংসা থিংজিন্নদ থরদগী কা হেন্ন তাথখ্রবদি থবোম্বী লৌকমসিংন ( লংস রিসেপতরস ) মুংসিং মখল অসি রাংলে হায়বগী পাউ লেমকুদ পিব ওয়ক্তে। হুম্মেন মুংসিংকী চাং রাংমনবদগী কোক্কী লেমকুদ থবোম্বী -লৌকম পাউ পিব ওয়ক্তরবদি মী অতু থুদক্ক রাথল মাঙথিগনি, রাম্বরকনি।

(iv) ঈসিং মতুংদ লৈরিঙৈদ রাথল মাঙগ্রবদি নিংথিন-থঙন-হৌজবদি মী অতু সিবগী থুদোংথিব লৈরনি। অম্মু ঈকপ্পদগী সিনকম তৌবসিংন মরক মরক্ত থুদোংথিবসিং অসি নংলিবনি। হুম্মেন মুংসিং রাংলকপগী অরাব থাংঙমদবসি মীওইবগী কোক্কী লেমকু অসিন থাম্নগী ঈহান হাম্ন ফংই, মান থাম্নদগী রায়।

নুপীগী
লাতম



## চনুরাগী চাখ্‌ূম থোকপ মতম

— থোইবী লৈম

চনুরাসিংগী চাখুম থোকপ মতম অসি খ্বাইদগী চেকসিনগদব তাংকক অমনি। মতম অসিদ চেকসিলহৌদবদগী লায়না কয়া কোকচনুব য়াই। চেকসিনহৌদবদগী মসা ফরিব চনুরা কয়া লাযমা কয়া চেনকপ য়াই। মরম অহুন মালেমসিদ লৈরিব ফুকপ পুরমক মাখী মাগী চংনবী মতুং ইন্না মতম-অসি চেকসিন্না ঙাক্লরিবনি।

চাংচত্ত চনুরাসিংগী চাখুম থোকপ মতম অসি হুম্ফিং ৫ নি ওই। অদুগ অথোক্ত অহেন নাইক ৪ নি ৬ নি ৭ নি কাওব লৈব য়াই। হায়রিব মতম অসিদগী হনব নত্রগ রাংপ মতম লাক্লবদি লায়য়েংহৌবন খ্বাইদগী চুম্ব ঙঙ্গীনি।

লৈসাং তম্ব: কংলৈপাক অসিগী মুস্বারোনগী কাংলোন্দ চাখূম থোকপ মতম অসিবু 'লৈসাং তম্ব' কৌই। মুস্বালোন্দ মতম অসিবু লৈসাং তম্ব কৌবগী ফজথ্রব রারী লৈ। লাইনীং লম্বী ইব কংলৈ পুয়াসিংদ অম্মুম হায় "লাইগী মহৈবু তাইবংমী ওইনা য়াল্লে"। হায়বদি তাইবংপানব সেমহুন মপূ অম লৈ হাযব খওননব মপুন সিম্বা পিরকখি। মপুগী অর্নিংব অহুগী মহৈদি তাইবংমী ওইরক্লিব অসিনি। অহুম মহৈ অদু ওইরক্লব মপাল সাববু 'লৈসাং তম্ব' হায়ন কৌই।

অদুনদি তাইবংমী ওইন মহৈ য়াম্লনব ঈমা লৈমরেল সিদবীগী মতিক ময়ায় অদু চনুরা ওইবীসিংদ চংহুন লৈ। ঈমাগী মপাল সাহনব তম্ব,

মহৈ য়ালহনব ভম মমল য়াম্নব মতিক ময়ায় পাজল অহ্ চহ্নরাসিংগী ময়াম থুগু্ন লৈ। পাজল অসি চহ্নরা অমগী চহি ৪৫ স্নরকপ পুন্সিগী তাংকক কাওব লৈসাং তমহ্নন ফুদোকই। লৈসাং তম্বগী তাংকক অসি চহী ৪৫ গী মতুংদদি অমুক থুপচিন্দুন লৈখি, ফুদোকপ লেপখি। হায়বদি মহৈ য়ালহনব গুম্বগী মপাজল অহ্ অমুক থুগু্ন লৈখি। লৈসাং তম্বগী মতম অসি হেক লোইখিবগ মহৈ য়ানবগী থবকস্নু লেপখি। লৈসাং তমজ্রবদি মচা মম্ন চাদা নাউদাহ্নন য়ুম্বাল পুন্সি লৈরম্বহ্ন লোইথি। তাংকক অসিবু “নাউথম্ব” কৌই। হান্নবদি চাদা নাউদাব থমখি। কাংলোন অসিবু লাইনিং লম্বীগী পাউরো ওইন স্নপচিন্নগ ‘লাইগী মহৈবু তাইবং মী ওইন মাল্লে’ হান্নহ্নন থনম্বনি।

মীরোনব মতম · য়ুম্বাল পুন্সিদ চহ্নরাসিংন নাউপুব হেক হৌখিবগ থা থাগী লৈসাং তজ্জন্ব অহ্ লেপখি। মতম অসিবু মীরোনব মতম কৌই। মপাল সাংথিব অহ্নগী ম'হ য়ান্দুন তাইবং মী সেন্দী হায়বগী মী + লোম = মচা ওইন তাইবং মীগী পুন্সি অম মমাগী পীবুকহ্নংদ মহৈ ওইন লৈব কৌই। হেক মীরোনবগ থা থাগী লৈসাং তমলম্ব মমাগী ঈরিকসিং অহ্ মীতমলব নাউরা অহ্নন মচিঞ্জাক ওইন চাথি। নাউবা অহ্নগী মচিঞ্জাক ওইজগ্রব মরম লৈসাং অহ্ লেপখিবনি। য়ুম্বাল্লানগী কাংলোন্দ মমাগী ঈরিকসীংবু চাই হায়হ্নন মীরোল্লিব নাউবা অহ্নবু ‘ঈচা’ কৌই।

মমাগী মসাগী ঈরীক চাহ্নন ওইরকথীব মচাবু মমান অম্নুকী মতিক হুংলিরিবসী মসাদগী ওইরকথিব তাইবংমী ওইবননি। কাঁরিম্ন থঙজদব সা-মল-উচেক রায়াকাওব মচাবু অম্নুকী মতীক হুংসি। হুংসিব অসী জ্ঞৈনমত্রবদী সা উচেক মচা অমত্ত হিংলমলোইদবনি। অহ্নন কংথোকপগী পূকচেল অসি মযাদগী তম্নরিবনি। মপান নাইজ্জব কংথোকপগী পূকচেল অসিন মচাগী হুকল মথরায় কাওব থাব ওম্বী।

থাগী খোংকাপ কায়ব :—মুপীগী ঈগী খোঙ অসিগী মতম নাইদ লাকপ লৈসাংপু খোঙ+কাপ—থাগী খোংকাপ কৌই। খোঙকাপ অসী মুমিং ২৮/১৮ ন লাই। মুমিং ২৮ অসিদগী মুমিং ১-২-৩-৪-৫ ফাওব হেন্দোকপ নত্রগ য়াংন লাকপ য়াওই। হেন্দোক হেজিল অসীন মুমিং ৫ দগী হেন্নবদি লায়রেংহৌগদব মতাং লাক্লে হায়ন থঙগনি। মসীদ খোঙ হাপ্ল লায়নান নাক্লব, অঙাং খোমজিংবদ হেনথিব অসৌনচিংব মতাং-দদি করিগুম্বদ থা ঃ ফাওব লৈসাং তম্মলক্তব য়াওই। মহুদী থোইন থাগী খোংকাপ কায়বগী মপুংদ চল্লোই। হকচাংগী ঈদ মহৌগী সরুক য়াংলকপ অমদি গ্রুকোজগী সরুক য়াংন লৈবদগী মতম মতমগী থোকলক-পনি। হকচাং হঙংহল্লগ অহুম ফখিগনি।

মুমিং কাইব নত্তবদ ঈগী মচু ওল্লকপ, মচু সেংদব ঈগী লৈসাং উরকপ অসিম্ম খোংকাপ্ত অকায়ব লৈরবনি থঙগনি। মচু অসিত নত্তন মনমগী অকায়ব লৈবগা হায়বস্ম তত্তন চাংয়েং তৌবিগদবনি। থাগী খোঙকাপ্ত মনম ফত্তব লৈরকলবদি খোংকাপ্ত অসোয়ব লৈরে লায়রেংব মথৌ তারে হায়ব থঙগনি।

মতম হেন্দোক হেনজিল, মচু ওমব, মনম ফত্তব অহিত্ত নত্তন ঈ হের চংপ, ঈ লৌক চংপ অনৌমক খোংকাপ ফংলক্তবগী থুদম্নি। লায়রেং-হৌগদবনি। অকায়বসিংগী মরক্ত অম নত্রগ অম লাকপদ মতম চান চেকসিন থৌরাং তৌহৌত্রবদি তুংদ অফব ওইদে।

ঈ লিকপ ঈ য়ৈথৎপ :—ঈগী মসক থজিত্তমক উৎলগ লৈসাং মপাং ফাব ওমদব অমদি ফজন চংলয়গ য়ৈথৎথিব অসি লায়য়েংহৌগদব তাংকক অরনি।

হৌদাক ওইন মথাগী অসি সিজৌরবদ কায়ব ফংগনি।

(i) হৈক্রু মহী তোলা ১, ফবো মুরোকসি (গুগ্গুল) তোলা ভংথাই অসি নিংথিন মহী অমদুং মকুপ ওইন য়ানথাইনরগ খোঙকাপ

—মথাদি লমাই ২৫২৫ দা

## লিদ হীদাক
## ( মীতৈ চম্প্রা )



মীতৈ চম্প্রা হায়বসি তসেংব লিদ-হীদাক্নি। অতৈ লমগী চম্প্রাগা মীতৈ চম্প্রাগ য়াম্ন খেন্নে। লায়না লাইশুং কয়া ফংনবদ লাম্বা লৈত্রব মীতৈ চম্প্রানি। হৈ মথল অসি পোংথোক য়াম্ন পুথোক্লব লৈপাক অসিন হোৎনবিক্নম থোকই।

(i) মীতৈ চম্প্রা ময়ায়দ থাইদোকলগ থক্নি মচং হাপ্লন য়াম্নদ য়াইরগ চুপ্লন লেক্লন চাবদ লোক্নী লায়না পুক্নমক্ত কাম্নরবনি। খোনাউ নাবস্নু ফংল্লি, খোনাউ সাবস্নু ফংনব ঙম্মী।

(ii) মীতৈ চম্প্রা মহীন মায়দ কাব মায়হীং ফংনব ঙম্মী। য়েরুম মমুংক মীতৈ চম্প্রা মহীগ ময়াল সেমলগ মায়দ অহিং তুম্বদ তৈব মায়হীং কাব পাথহল্লি, মমৈদ কোকলক্নি। মায়গী উন্নাদ য়াম্ন মোনব থোংপগী কজব অহোংব অমস্নু লাকহল্লি।

(iii) মীতৈ চম্প। মহীগ খোইহীগ য়ামরগ ঈসিং য়াস অমমম অহূক য়াহৌরকপদ অমদি তুমলমদাইদ থকপদ অমাংব য়েথথ্রনদে, পুক্ত হুং লৈব ঙমদে।

(iv) মতম কুইন লীহ্নন থমগদব পোৎ কয়া অচা অথক কয়া চম্প্রা মহী সুমজিল্লগ থমলবদি পোৎসিংহ পূমথদে পৎথহনদে। চম্প্রা মহীন অচাপোৎ কয়াস্নু মতম কুইন তগৎ তগৎ তেক্ক লৈহনব ঙম্মী। +



## নহারোলগী লাতম

# AIDS লায়নান মালেম্বু কিহল্লক্লে

( সাইন্সন তসেংন মায়থিরি )

—থোংজাম নিংতোল ওাম্বোইবী।

কংলৈখোল ৬৮ সুব চেকোংদ AIDS লায়নাগী অরোনব হৌরক-ফমসিং, হায়দোকপ কিনহুন লোর্ংসিন্নব হোৎনরিব হৌদোরককমগী নৈনব ফোংদোকখ্রে। অরোনব রারীসিং নৈনব অহুদ লাম্নয়েংব ওমজ্রব AIDS লায়নাগী মপাঙ্গল লৈরব মহ্‌ৎ মখল অমি সাদ ফংব Maedi-Visna virus কী সরুক থরগ মীদ ফংব মহীক HTLV-I (Human T cell Laukemia Virus Type-1) অমিগ ভিন্নরগ থোকহনবনি হায়খ্রে।

মতাং আসদ মহীক মখল 2 ভিন্নরগ ওইব মহীক অমি HIV হায়রিবসিনি। H ন Human, I ন Immuno-deficiency, V ন Virus হায়বনি। মহীক ২ ভিন্নরগ ওইথিব মহীক হায়বসি ভিন্নহনখিবগী থবক অম চংই। থবক অহু চাংয়েং য়াম্ন তৌরিব কাংলোল-লোয়সিংন (সাইন্টিস্তসিংন) ভৌথিবনি হায়ব মীয়ামদ পাক চাউন খঙহন্ত্রিব রারী থরম্নু মমাংগী চেকোংসিদ পনখ্রে। মরম থর অরোনব ওইন থম্নিবসি থিজিল্লুরগ লন্দন-বেজ স্পিসিয়েলিস্ত দাঃ জোন সীল, কালিফোর্নিয়াদ লৈব ইউ, এস, এ, গী দাঃ রোবার্ত গ্রেকর, বার্লীন ইউনিভরসিতীগী প্রোঃ জাকোব সেগালনচিংবন AIDS লায়না অমি

কাংলাস্রোয়সিংন (সাইন্তিস্তসিংন) পুথোকপনি হায়রে। লায়য়েংব ওমত্রব অকিবগী মসক ওইরব লায়না ওইরকপদগী কিন্থুন ফোংদোক-নখিদবনি। মসিন তাকপদি AIDS লায়না অসি অসুকী মতিক অকিব ফংলব মীওইবগী খুৎসেমগী লায়নানি।

মরাল লৈজদব আফ্রিকান লৈবাকসিংস্থু কিয়ে: য়ারী অরোনবসিং অহু থৈদে রুব মীওই খরন AIDS লাইনাগী মহীক অসি আফ্রিকাগী য়োং অমদগী মীদ চংলকখিদ্নি হায়দুন সন্দোক্লি। অহুবু AIDS লায়না পকহল্লিব মহীক HIV অসিদি আফ্রিকাগী য়োং অমত্তদ পক্কে। অহুবু আফ্রিকাদগী সন্দোরকপনি হায়ব য়াফম অম পন্নবসিদ আফ্রিকান লৈপাকসিংদ পাক্তক্লন AIDS লায়নান মমল য়াম্নব মীওই কয়াগী মপুন্সি মাওহল্লক্লব অস্ফাওবদ লায়না অসি পাক্তক্লন লেরে হায়ব কস্নুক খুদোং থিরব পাউ আস ফো দোকপ কিন্থুন পাউমীসিংন পিদে। মপানগী চেফোংসিংদস্থু খওহল্লমদে।

অহুবু য়োংগী য়ারী অমদি লৈ:—আফ্রিকাগী য়োং ১ দগী মহীকসি লাকপনি হায়রিবনিন মরম খরদি পিদব য়াদে। মরমসিংদুগী মসুংদ খুইদগী ... ওইরবদ 'অফ্রিকাগী অসংব য়োং সাগৈ অসিদ ফংব SILV-II হায়ব মহক অসিগ AIDS লায়নাগী মহক HIV অসিগ মসক য়াম্ন মান্নৈ" হায়বসিনি। অমন ...লেম পুম্নমক মিপাইনরব লায়নাগী হৌরকফম্লি হায়দুন চৎথগনি কজবদগী আফ্রিকান লৈপাকসিংন অকিব ফংন পুক্স মাওথ্রবফাওব ফোংদোকপ ...রিবনি মরাল লৈজদব লৈপাক ফাওবদ AIDS লায়নাগী হৌরকফম্লি হায়খিনি হায়বগী অকিব পোক্লিবসি করিগানো? মসাগী পাউখুমদা য়াম্ন চম্মী –"AIDS লায়না অসী মীওই: পুম্নমক ক...রীব লায়য়েংব ওমদব, লায়নাসী পক্লে হায়বফাওব চহি কয়ানক্লন খওব ওমদব, হেক খওলকপগ কনবীদব

লৈররোইদব, মফম খঙন হীদাক অমত্তা চহী কয়াম্রুমসি পুথোকপ ঙমখি-রোইদব লায়না অমনি।" মহুত্নীদমক হৌরকফম লৈপাক ওইব কিনরিবনি।

অহুবু আফ্রিকাগী অসংব য়োং সাগৈসিদ ফংলিব মহীক STLV-III অসিদি করিমত্তা অমাঙব ত্তৌদে। লায়না পোকহনবফাওব ত্তৌদব মহীক অমনি অহনদি মসক মায়হনন্নু মহীক অসি AIDS লায়নাগী মরীদ করিমত্তা খয়নিংঙাই ওইদে। অনৌ অনৌগ চাংয়েং ত্তৌবদ রাখল খহৌব রাৎপদগী থোরকখিবনি হায়ব মীন সেন্থ মহাক্কী ররী অসিন ঙসিফাওব-গীদি হেন্ন মরম চায়।

AIDS লায়নাগী থুদোংথিব :—লায়না অসিগী মহীক HIV অসিন মীওইবগী ঈদ অমদি মুপী মুপাগী ফঙীদ মহম সাই। মসিদগী হকচাংদ য়াওব অতৈ অতৈ লায়না চংলকপদ লাম্বেংনব ঙম্ব পাঙলবু মাঙহল্লকই। মপাঙল য়াওরক্তুব ঈদ অতৈ লায়না কযামক্কু লান্দাবদ ঙাকথোকচনব পাঙল লৈরক্তে। অহুন মপান্দগী চংলকপ লায়না কয়াগী চাক্তাফম ওইরকই, কেন্সর মথল করা অম সোম্বরকপ অসিদগী থোরক-হল্লি। কেন্সর মথল খরদি হকচাংদ য়াওজব ঙাকথোকপ ঙম্বগী পাঙলন ইরাই লাইন চংহন্দব ঙম্মী। অহুবু AIDS লায়না লৈরব মী অমগী মফমদদি হায়রিব পাঙল অনি সিখিব মরম্ন কেন্সর মথল খর অসি ঙাক-থোকপ ঙমদে।

সম্ন হায়রবদ মীগী কন্থী অমম্নুং ঈদ মচিগী সরুকমথৈ অম্নুম মাংথরকপ অসিন AIDS লায়নাগী থুদোংথিবনি।

কাংলোন্ন মায়থিরকপ :—মালেমসিগী ঙসিফাওবগী কাংলোন (সাইন্সন AIDS লায়না অসি কোক্কব পাম্বৈ পুথোকপ ঙমদ্রি। NIH কী নেসনেল ইন্সতিত্যুৎ ওফ এল্লরজি এন্দ ইনফেকসন দিজিসেসকী দাইরেক্তর দাঃ জোন লা মোন্তেনগী মতুং ইন্নদি লায়না অসি লাম্নেংনব হীদাক পুথোকপদি ত্তরাই ত্তরাইব থবক অম নত্তে, মত্তম সাংন য়ায় লুন থোকখিগনি হায়বসিনি।

## মাইবগী হীদাক থাও
### ( লোক খুব )

লোক খুব হায়বসি পুন্সিগী থবক ইনথাংদ য়াম্ন অপনব ওই। তি, বি শু নত্তব, হায়াম্ন নত্তব, লোক লাইহৌম্ন নত্তবদ অয়ুক য়ুমিদাং অহিং অমদি তাল্লক্ত লোক খুব অসি তরাই তরাই লৌব যাদে। মুংসিং উতোং থবোম্বী অমদি খৌনাও মরিল্দ অকায়ব লৈরবনি। কম্রিম্ন নত্তবদ কুইম খুহল্লবদি থাক্ত ঈ য়াওরকপনচিংব, য়াং কংসিনব, থবাক নাব লাকনি। মতুংদ অরুব অনাব ওনখিগনি। অচম্ব পাম্বৈ থর তৌবীহৌগদবনি।

পাম্বৈ থর— (i) চুরুৎ, বিরি মৈথুগী সরুকমথৈ থাদোকপিগদবনি। মৈথুদ য়াওরিব নিকোতিন অমস্তুং তারগী সরুক কেন্সর কাওব পোকহল্লক্তদোরিবনি। মসিন খৌনাও মরিলবু সাগৎহন্দুন সোকহল্লকপদগী লোক খুব খোরকই।

(ii) অয়ুক য়াহৌরকপ, য়ুমিদাং য়াইরম অমদি অহিংতুম্বদ থবাক অমস্তুং খৌরিগী সরুক ইংহল্লোইদবনি।

(iii) চাক য়েন্সাং চজিক ওইন থক চারোইদবনি।

হীদাক :--(i) হিজাক ওইন উচিথি ১, লুপা হীদাক কবোক পোকলগ উচিথিগ চাং মান্নন তন্ন চাং ১, খোইহী চামচ ১ দ কুপ্ন তকথ'য়নগ অয়ুক মুংখিল য়ুমিদাং তুমলমদাই ৫ লক য়ুমিং ৭ নি চারবদি লোক খুব ফগনি।

(ii) মীতৈ য়াইঙং মৈদ লৌরগ মচেৎ অম উম্বদ চাং হুম্বকনি।

(iii) তেখাও য়াইখুনে, রোক হীদাকনে, মীতৈ য়াইঙংনে, কাপথুমনে পান পান সোইহ্নন মৈদ গ্রেম গ্রেম লাউন ঙৌরগ মকুপ্ত অয়ুক মুংখিল য়ুমিদাংদ উমহ্নন চারবদি লোক খুব ফগনি। ❋

(i) ফ্রনকো-জাইরিয়ান কাংবুগী চাংয়েং :—দাঃ নেনিয়ে জ জাগরিন লুচিংব ফ্রনকো-জাইরিয়ান কাংবু অসিন কিন্সাসাদ HIV মহৌক অসি ঙাকথোক্কব কাপ্পব হীদাক অম পুথোক্কব অকনব চাংয়েং চংথরি। চাংয়েং অসিন ঈগী তাংগীক লৌকসিং (সেলসিং) 'কিল্লর লিম্ফোসাইতিস' হায়ন খঙনবসি পিব অমসুং মহ্ চমহন্নব অতৈ সীংনব সরুকসিং পিব ঙম্মব হোংনরি। ম'ম্ন পাক্সি।

(ii) দাঃ মেক্স ইসেক্সকী চাংয়েং :—হার্বাদ' ইউনিভরসিতিগী বেক্সর বাইওলোজি দিপার্তমেন্তকী য়াইতোংব (চিয়ারমেন) দাঃ মেক্স ইসেক্সন কাপ্পব হীদাক অম পুথোক্কব চাংযেং অরোইবী থাহ্নন হোংনরি। দাঃ ইসেক্সন সিমিয়ান ভাইরস 'STLV-III' অসিদ য়ুমফম ওইহনন চাংয়েং অসি চথবিবনি। অহুবু মায় পাক্সি। 'STLV III' অসি মমাংদ পনখিব অফ্রিকাগী অসংব য়োং সাগৈদগী ফংবনি।

দা: ইসেক্স অমসুং মাগী লোয়নবসিংন 'STLV—III' অসিগ মান্নব ভাইরস অমস্থু নোংচুপ আফ্রিকাদ লৈব সিনেগালগী মীওই কয়'গী হকচাংদগী ফংলে। ভাইরস অসিন 'HTLV IV' হায়ন মমিং থাল্লে। অহুব 'HTLV-IV' অসি লৈবদদি থোইদোকপ AIDS লায়না লৈবগী খুদোংথিবসিদি থোক্তে। অহুন মহৈ য়াব্নব চাংয়েংগী থাক অহুদ চংসিনবদি ঙমদ্রে।

(iii) দা: লা মোন্তেনগী ৱারোই :—AIDS প্রোগ্রামগী দাইরেক্তর দা' লা মোন্তেনগী ৱারোইদদি 'ঙসিগী মালেমগী কাংলেন্দ তুমিন্ন মতম সাংন লায়ওং অম উহন্দন হিংহন তুমিন লৈব ঙম্ব অহুন লায়ওং উব ফংব মতমদদি লায়য়ংব ঙমদ্ব অসি ঙম্ব মথলগী ভাইরস অসি ঙাকথোকপ ঙম্ব হীদাক অমফাওব লৈত্রি" হায়ন পিরি।

মরকসিদ মালেম পুম্নমক মিপাইনরক্লে: খ্রিঃ ১৯৮৭ হৌগংলকপদদি মালেমসিগী লৈপাক ৯১ দ AIDS লায়না সন্দোম্নকপগী পাউ লৈরে। চহি ৪/৫ AIDS লায়না অসি লৈবগী খুদম

থগুনত্রিব তুমিন্ন মীওইবগী কৰী অমসুং ঈ সিংলিব-হাংলিব তমথিরব অনাব অসি মসক থোরকপ উবদ লৈপাক ৯১ দগী ব্রা'রাল ফংলব অসিদদি উংথোরক্রিব লায়না অসিদি লৈরব মালেমসিদ লৈপাক কয়া লৈরমগদগে হাযবসি অকিবগী মসক্নি। চহি ১০ থরদমক হেল্লিব অনৌব লায়না অসিন চহি ১০ য়োমগী মনুংদ লৈপাক ৯ লানসিন্নক্রবদি মালেম পুম্নমক থুংবদ কুইন চংলোই।

(I) মী লাখ ১০০ সোইনাইবে:—হায়রিব HIV ভাইরস অসিন চংত্নন লৈখ্রব মালেম অসিগী মীওই মসীং লাখ ১০০ (লাখ চাম) মুরগনি হায়ন পানরি। লাখ ১০০ অসিগী মনুংদ লায়না অসি লৈবব অহুগ মসক থগুত্রিব কয়া অমদি য়াওত্রিবনি।

(ii) আফ্রিকান লৈবাকসিংদি খুদোংথিব য়োবে:—আফ্রি-কান লৈপাক ১৮ AIDS (Acquired Immune Deficiency Syndrome) লায়নান লান্দাখ্রে। ১৮ অত্নগী মনুংদ আইভোরি কোস্ত, কেনিয়া, কোঙ্গো, তানজানিয়া, উগন্দা, জামবিয়া, জাযার, রবান্দা, বুরুন্দি অমসুং সেন্ত্রল আফ্রিকান রিপব্লিক লৈপাক ১০ অসিন খ্বাইদগী সাথিন সোক্রে।

জায়রদ কিন্সাসা থক্তদ মী ১০০ খুদিংগী মী ৭/৭ মুক্কী চাংদ AIDS লায়নাগী ভাইরস অসি লৈরে।

জামবিযাগী কোমুং লুসাকাদদি ঈ-দোনর মীওই ১০০ গী মনুংদ মী ১৮ ম ভাইরস অসি য়াওরে।

ময়ায় থংব আফ্রিকাদদি নোংচুপকী থিজিল্লোয়সিংন পানবদ মীওই ১০০ গী মনুংদ ১০ লায়নাসি লৈরে।

নাইরোবীদ লৈব ওক্তবী (কনুবী থনবগী সিনফম তৌবী) মুপী ১০০ গী মনুংদ খ্রিঃ ১৯৮১ দদি মুপী ৪ শক্তমক AIDS লায়না অসি পরম্মী। চহি ৪ গী মতুং খ্রিঃ ১৯৮৫ দদি কনুবী থন্দুন সেল তানবী মুপী ১০০/১০০ খুদিংগী মুপী ৫৯/৫৯ AIDS লায়নাগী HIV ভাইরস পক্লে।

মুপী মুপা ফমদিন্নবদগী পক্লকপ লায়নাসিংগী লায়য়েংসং নাইরোবীগী ক্লিনিক্ত ১৯৮০ কাওবদি AIDS কী চিংনব অনাব মুপা অমত্ত য়াওত্রি। ১৯৮৫ দদি ক্লিনিক অসিগী অনাব মুপা ১০০ খুদিংগী অনাব মুপা ১৮দি AIDS লায়নাগী ভাইরস লৈরে।

(iii) পামু পামুন সিথিগদৌরি :- কিন্সাসাগী ইউনিভরসিতি হোসপিতালগী দাঃ অমন থম্মোয়দ কপ্প হায়ব্রে 'আফ্রিকাগী চাওখৎপদ মখোয়গী মপান তাংজগদৌরিব পাম্মুরব লমদমসিগী মমল যান্নব মীসিংদি AIDS লায়নান হাংথিগদৌরে।'

তসেংনমক জানবিয়াগী কোপরবেলত্ত অসিদ চাংয়েং তৌবদ হে-সিংলব রাখল লৈব মমল য়াম্নব মুপা ভাক্তন ঃ (সরুক ৩ থোকপগী ২) HIV পক্লবাসিংগী মসুংদ ওইরে। লৈঙাক্লান্দ সরুক মারিব, উজা ওইরিব, লানমীগী মকোক কয়া, হে-সিংলব থৌমী কয়া আফ্রিকাগী লৈপাকসিংদ ভাইরস অসি পক্লবনি। অসিত নত্তন নৌন নিং তমজরিব আফ্রিকান লৈপাক্কী থহানব নিংতম্বগী মীরোন, তুংগী লৈঙাকলোয় ওইহোংদোরিব কয়াস্ু AIDS লায়নান লান্দাখ্রে। কৈদৌদৈ সিগদৌ-রিবনো হায়বতমক খণ্ডনব ঙাইহ্নন হিংব নহা কয়া মখোয়গী মতমসিংহ্নন ঙাইহ্নন লৈনার।

ওক্তবীসিং হৌজিক থিগৎলি :—মী ১২ ন সাব সাইন্তিস্ত অমস্তুং রিসার্সরস কাংলুপ অমন কেনিয়াগী কস্নুবীসিংবু নিংথিন থিজিন হুমজিন চথখ্রে। সেলথোক য়াম্ন রাংপ কস্নুবী চহুরা অমন চহিদ চাংচত্ত হারবদি মুমিং ৩৬৫ নিগী মসুংদ মুপা ৯৬৩ গ ফমখিম্নে। সেলথোক পান্নে থর লৈজব কস্নুবী চহুরাসিংগী কাংলুপ চহি ১ গী মসুংদ চাংচত্ত মুপা ১২৪ গ ফমদিম্নবগী রারোল ফংলে।

কস্নুব মথল ২ অসিগী মসুংদগী অকোনবগী কাংলুপ অসি মপান্দগী ল্লাকপ, মপাল লৈপাক্তগী চংলকপ মুপাসিংগন অয়াম্ব ফমদিম্নে।

থিজিনব অসিদগী খণ্ডনরে মতুদি--আফ্রিকান লৈপাকসিংদগী মপান লৈপাকসিংদ AIDS লাথনা সন্দোক্লক্লিব অসিগী খ্বাইদগী চাউব লম্বেলদি ২ সুব মথলগী চমুরা সং অসিনি। অম্মু লৈপাক অতৈদস্ু অনীম্নব মথলদ চনব সেলথোক থর লৈজব ফিভম থর ফব কস্নুবী (প্রোস্তিতুত্যৎ) মথল অসিদগী অয়াম্ব মপান লৈপাক্ত লায়না অসি সন্দোকই। অহুন খ্বাইদগী চেকসিনগদবসি ফত্তব সিনফম অসিগী চুহুরাসিং অসিনি।

--মথা মথং চেক্কোংহ্ন

## ঈমালোল নৈনরসি
( অরি-অনৌ চংমিন্নরসম্নু )

আরে : মেরা হায়ব কংলৈ কুমজাগী ৭ সুব থাবু অরিব লোলদ আরে কৌই। আরে থা অহন নোংদি সনামহী চাউরেন হোব মুমিংনে হায়রবদি মেরাগী নোংম পানববু থঙনৈ।

কচেং য়োংহক চনব :—কচেং য়োংহক চনব হায়রগ য়োংপাক্ল লৈপাক তৌববু থঙনৈ। তোথরকপ য়োংন লৈপাক লৈরোম্নংদ চংববু য়োংহক চনব কৌই।

অরাই :—অরিব লোলদ লিক্লাবু অরাই কৌই। ইমোইনুগী মিংথৈদ "অচি তত্তবী অরাই কংদবী" হায়দুন সিংথারিবত্নি।

রাথিনব : -থোথোক অমগী থিজিন হুমজিনব (ইনকারি) চংপবু রাথিনব কৌই। লৈত্তাক্লোন্দ ইনকারি চংথব. অচুম অরান থিগংপগী থোদাবু নিংথো পাল্লিডৈদ রাথিনব কৌই।

## লোল অরিবদগী অনোবদ হন্দোকপ

(i) রায়েনব নোংথোলন ময়াং হাংপগী রাথিনব চংএ ( চৈ: কু: )
রায়েন তৌব নোংথোলন ময়াং হাংপগী থিজিনব চংলে।

(ii) সাপোং লানপোং ওমতম লোইরবদি হৌরসে।
সাপোং লানপোং থোরাং লোইরবদি চংলসি।

(iii) মানজা নংবু থমুং কানেথোলবু থংদবরা সানথিগনো।
মুংসিব নংবু থরাই থারগ করি ওইগনি থংদবরা চংথিগনো।

(iv) কোইলৌ চৌংহৈ কাপথবদগী চেকলা সংগু সিয়ে।
লেল য়াম্ন তাবদগী উচেক য়াম্ন সিরে। +

# য়ুমসারোন
## ( পুয়া নৈনব )




পুয়া নৈনব লোতন।

পুয়া নৈনসং
সলাই পুন্সিফম

মীওইবগী চাওখৎলোনগী অহানব ভাংকক্তি য়ুম সাহন লৈরকপ অসিনি। মালেমগীদ লৈরিব মীওইবগী ফুরুপ পুম্নমক হৌরকপদ লৈকু লৈরাইদ, মুংজাও মথাদ অমদি লৈরাই হামজিনবদ লৈরম্মী। উ-রা, ই, উরী-রারী, পযা সিহন য়ুম সাব হৈরকপদগীদি মীওইবগী চাওখৎলোন হৌরক্লে। অস্থম য়ুম-কৈ সারকপগী কাংলোন ক্রমাংশিংবু মায় কুপ্প নৈনহন তুংগী মীরোল খঙহো হৈহৌনব ইহন থনম পুয়'গী ভাংককপু "য়ুমসারোন" হায়ন কৌই।

য়ুমসারোন হৌরকপ:— য়ুমসারোন ইব পুয়াসিংদ মপু সিদবন লাইপুংথৌ লাইমুরাশিংবু সিম্বা পিহন য়ুম সাহলকপগী রারী ইহন লৈরি। ভাংকক অসিন য়ুমসারোনগী অহানবনি। লাইজ ঈসিংন তরং ওইহরিগদ পরিং লাংসং হনকপ হৌই। পরিং লাংসং হনব অসিন

য়ুম সাবগী অহৌবনি। লাইজ ঈসিং তরংদ পন্নিং লাংসং হন্নকপগী কাংলোন অহ্ তমহ্নন ওসি ফাওবদ কংলৈচাসিংন য়ুম সারমদাইদ পন্নিং হন্নি। পন্নিং ছুম অসি সোয়্যবদি কত্তব মহৈ ফংই হায়হ্নন য়াম্ন চেক-সিম্ন ওসিন্নু তৌনন্নি।

**লাইপুংথৌ ৭ ন য়ুমতম্ন :—** লাইপুংথৌ ৭ ন য়ুম সানবগী মপোৎ মচৈ লাংহ্নন উন্না থাহ্নন উখোং য়ুংহ্নন য়ুম সাব হৌগৎখিবগী য়ারী য়ুমসারোন্দ য়াওরি। অম্নুম্ন স্নুম, উখোকত্তেন, মেন উরেপ, উরেপ পাব হায়হ্নন উখোং মসক লেপ্লকই। য়ুমকম থোনব লৈতেম্ন লোইরকই।

**লাইন্নুরা ৭ ন য়ুম কুপ্ন হৌরকপ :—** য়ুমসারোন পুয়াদ য়ুম কুপ্ন হৌখিবসি লাইন্নুরা ৭ ন পাংথোকপগী য়ারী ইন্নি। লাইন্নুরা ৭ ন সহ্ য়াংগেন থাওহ্নন য়ুম কুপ্নগী য়াম্ন মুংঙাইব য়ারী অম লৈ। লাইন্নুরা ৭ ন সহ্ য়াংগেম্ন য়ুম কুপ্নকপ মতমদ মতোম্ন মথক্ত ওনথৎ-হ্নন হায়বদি ই মতোম্ন য়াংলেনলোমদ ওনথৎলগ মখোয় মথা ওন ওন্দুন কুপসিন্নে। ই মকোক্ক মথা ওন্নগ মতোম্ন মথক ওনথত্নন য়ুম কুপ্নসি উবদ লাইজ থিকফেন চাইরকপদ লোইন য়ুব তারে হায়হ্নন অমুক সিদোক্কন্নে।

অহ্নবু কুপ্ন লোইরব য়ুমহ্নদি লোইন সিদোকপসিদি হৌন্দরে হায়হ্নন অহানব কুপ্ন ই মখোয় মথা ওহ্নব সক্ক অহুমথৈদি থাকহৌরে। মথংদ সিদোক্কব ইসিংহ্ অমুক মতোম্ন মথা ওন্নগ মখোয় মথক ওন্দুন কুপসিন্নে। অম্নুম্ন লাইপুংথৌ ৭ লাইন্নুরা ৭ ন য়ুম সাব লোইসিনখি। অম্নুম্ন সাব লোইরব য়ুম অহ্নবু তাইবং চারোন স্নুরোন্দ "পোংসং" হায়্নন চৎনখি।

**লাইথাং হান্ন :—** লাইন্নুরা ৭ ন ই মখোয় মথা ওন্দুন য়ুম কুপ্ন হৌগৎখিব সক্ক অহ্নবু থাংগত্নন থম্নব য়ান কত্নন লেম্ন চৈ মকক

অমমমবু "সাইখাং" কৌঠুন হাপখি। ওসিফাওবদ সাইখাং পরেং অম হাপতুন ই মখোকসিং ক্যাগৎলিবসি য়ারী অসিবু নিংসিংথুন চৎনরক্রিবনি। লাইমুরাসিংগী ইখোক ওক্তব অহুবুস্তু ওসিফাওব নিংসিংথুন অহানব কুপ্প হৌব ঈগী সরুক্ত মখোক্ত মথা ওন্দুন চৎনরিবসিনি। মসিন য়ুমসারোনগী অহৌব য়ারীনি। ঈনাৎ হায়বসি ওপ্তোক্ত চেৎলি, চহি লিসিং লাখা কয়া হৌগ্রব য়ারী অসি ওসিফাওব তাকুন চৎনরি।

য়ুম্ফম ৯ থায়ব:— য়ুমসারোন পুয়াগী মতুং ইন্ন য়ুম সানবগী য়ুম্ফম অসি ইংখোল অমদ ৯ থোক্ত লৈ। য়ুমফমগী মফম ৯ অহুদি মথাগী মওং অসিনি—

নোংপোক

| | লংজা য়ুম্ফম | কিয়ান য়ুম্ফম | মৈথু য়ুম্ফম | |
|---|---|---|---|---|
| অয়াং | সামু য়ুম | সংগাই য়ুম: | নোংসা য়ুম: | মথা |
| | লোলা য়ুম | তন্ফা য়ুম: | লমজুই য়ুম: | |

নোংচুপ

অফব য়ুম্ফম:— মথক্তী য়ুম্ফম ৯ অসিগী মপুংদ সংগাই য়ুমফম অসিন থ্বাইদগী ফবনি। য়ুমসারোনগী মতুং ইন্ন ফমন্দুন সংগাই য়ুমফম চপ চান য়ুম সানদে। অহুন সংগাই য়ুমফম সোক্লগ থর হুম্বুন তন্ফা য়ুমফমদ চংসিল্লগ ২ ত্তুন সোক্লগ য়ুম সাগনি। অহুগ থর ময়াই ওইন চৎমব য়াবদি নোংসা য়ুমফম অমদি লমজুই য়ুমফম অসিনি।

লেমহৌরিব য়ুমফম ৫ হায়বদি লংজা, কিয়ান, মৈথু, সামু অমদি লোলা অসিদি য়ুম সানবগীদমক্তদি কয়া পাংদে হায়ন য়ুমসারোন পুয়াদ চেকসিল্ল য়া ইরি।

**মেন উরেপকী উইল :**– য়ুম্ নাবগী কাংলোন্দ মেন উরেপকী উইল অসি যাম্না মরু ওই। উইল সোয়খিবদ অমদি মেন উরেপ হুনবদ কাংলোন কায়খিবদ ইমুং অতুগী ফত্তব ওই। মরম অতুন উরেপ হুনব মুমিৎ অসি য়াম্না চেকসিন্না তৌগনি।

ফাইরেন, লমদা অমদি সজিবু থা ৩ অসি নোংখৌ লাইন মকোক নোংপোক ওল্লি, মথৈন নোংচুপ ওল্লি, মনম্ অরাং ওল্লি, মবুক্ত মখা ওল্লি। নোংখৌ লাইগী মায়ওল মতুংইন মেন উরেপকী উইল ( উ ইনবগী মায়কৈ ) মুংসিংলমদ ইন্দুন উরেপ হুনগনি।

কালেন, ইঙা, ইঙেল থা ৩ অসিদি নোংখৌ লাইন মকোক মখা ওল্লি। মথৈ অরাং ওল্লি. মনম্ নোংচুপ ওল্লি, মবুক্ত নোংপোক পাংই। নিংথৌ লাইগী মায়ওল মতুং ইন মেন উরেপকী উইলদি চিংথৈরোম পাংন ইনগনি।

থবাল লাংবল, মেরা থা ৩ অসিদি নোংখৌ লাইন মকোক নোংচুপ ওল্লি, মথৈন মখা পাংই. মনম্ নোংচুপ ওল্লি, মবুক্ত নোংপোক পাংন লৈ। নোংখৌ লাইগী মায়ওলসিগী মতুং ইন মেন উরেপ ইনবদ মৈরম পাংন ইন্নগ য়াইফব চাউথংপ ওই।

হিয়াংগৈ, পোইন্নু, বাকচিং থা ৩ অসিদি নোংখৌ লাইন মকোক অরাং ওল্লি, মথৈন মখা ওল্লি, মনম্ নোংচুপ ওল্লি অমসুং মবুক্ত নোংপোক পাংন লৈ। নোংখৌলাইগী মায়ওল অসি য়েংন মেন উরেপ ইনবদ মোইরাং লাইজি পাংন উহৌরবদি য়াইফব মুংঙাই য়াইফব ওই।

**য়ুম সাবগী থুংনু থুংলাই :**— য়ুম্ অতুদ লৈগদৌরিব মী পুম্নমক অনম অহা চুদনব, তুফক তুকাই চন্দনব, মীকোক খোংব মীথোই মীহেনব য়াওরক্নব য়ুম্ সাবদ সিজিন্নরিব থুংনু থুংলাইসিং অতু চেকসিন্ন মহু য়াই চংদম্নব সিন্নগনি। অতুন য়াইফব তান্নরিব ইমুং অমন অথম্নব য়ুম্ সাব থিনরিবসি কাংলোন ময়াম অসি লৈব-

ননি। থেংগুগী মমিংদি "হুম থেংকু উরু কোক" হায়ন কৌই। পাইজেপকী মমিংদি "চপ ওপ চপ্নি নাবা লাই" হায়ন কৌই।

অসুম্ন পাইজেপ থেংগুনচিংব খুৎয় খুৎলাইসিং অসি মাগী মাগী মমিং হায়হন ইগী য়াগী য়োংকী অমদি য়ুমগী অতৈ মচাকসিংগী মতীক ময়াই থৈসিনহল্লোইদবনি। মরম কয়াসি লৈব মরম, কাংলোন খণ্ডব, উজ্জা মাইরক্তব য়ুম সাবসিংন সায়ম্ব য়ুমদ লৈব মীসিংগী পুন্সিদ অবা অনা কয়া নংনরিবসিনি। লৈঙাক লোয়সংগী কায়ত্তর সাবকাওবদ কাংলম খণ্ডব মীন সারবদি লৈরু লৈরুব মীওইসিংদ অবা অনা কয়া তাব থেংনরিবসিনি।

## য়াবোইসিন

য়ুমদারোন হায়ব কাংলোন অসিদি য়াম্ন পাক চাওব্রব কুপ্ন লৈব্রব পরিং অমনি। মরম অতুন থর চেকসিনব, মীথোই মীহেনব পোকপ ইমুং মমুংন অহল লমল অথঙ অহৈ তানহুন চেকসিন্ন য়ুম সানরিবনি। থরখিং চেকসিনব ইমুংন থরখিং চাওখৎলি, থর হেন্ন মরা চেৎলি, ইংন তপ্ন পাল্লি। মরম অতুব য়ুমদারোনগী কাংলোনসিং অসি মীওইবগী পুন্সিদ খণ্ডব য়াত্রব অরুব মহৈ অমনি। ঐথোয়ন চেকসিন্ন ঙাকপ মাংগী তাই। তিনথেং লাইথেৎপন অমাঙব ওইব নত্তন অংতোংবদি থর উরোই। +

---

## "কংলৈখোল" নৈনবীয়ু

| | |
|---|---|
| ১। চেকোং ১গী লুপা ৫.০০ — | পোস্ত থাবগী মমল :— |
| ২। থা ৩ গী লু: ১৫.০০ | ১। থা ৩ গী লু: ১৭.০০ |
| ৩। থা ৬ কী লু: ২৮.০০ | ২। থা ৬ কী লু: ৩০.০০ |
| ৪। চহি ১ গী লু: ৫৫.০০ | ৩। চহি ১ গী লু: ৬০.০০ |

১৯৮৮ গীদমক মাংখোনন অরোবশিংন সেনফম অসি ১৯৮৭ কী নভেম্বর থাগী মচুংদ সংলেন য়োহনবীরকউ। লেল ফংলব মতুংদ অদোমগী থুক্ত চেকোং থাজরকনি।

---

# কংলৈখোল মরুপ

শানগায়নব মশীং য়াম্বখিব অমম্নুং লাপ্প
খুন্দা লৈতানখিবন কংলৈচা ঐখোয় লাপথোক্লে।



ঙসিদি কংলৈচা ঐখোয় নক-সিন্নরসি 'কংলৈ.খাল মরুপ' য়াওবীয়ু। অরাপ-অনক মরুপ সান্নবীয়ু। য়াখল্লোন ফোংদোকনবীয়ু।

1. (i) এলাংবমচা লোকেন্দ্রো (১৮) থা-ডানব ; সিংদা-কদাংবন্দ ; পি, ও, লমসাং ;

   (ii) সিন্দয়োই ; অরিব লাইনীংগী মরমদ খিজিনব ; লৈরেং-য়ারেং ইব, সান্নব ;

   (iii) মালেমদ লৈরিব মীওই খুদিংমকপু মুংসিনন হিংমিন্নব পাম্ন অমদি মীওইব খুন্নাইবু য়োকখৎপ খুদিংদগী।

2. (i) য়াহেংবম চন্দ্র খোঙম্বী (২৩) ; লুয়াং, সগোলবন্দ তেরা ঈবোন মপান ; পি.ও, ইম্ফাল-৭৯৫০০১ ;

   (ii) সিন্দয়োই ; পুম্নিরোল, লাইনীং অমদি ঈনাৎকী কাংলোনসিং খিজিনব-নৈনব ;

   (iii) সনামহী লাইনীং অমম্নুং ইনাৎকী য়াখল্লোন চেনবসিং খুদিংদগী।

## কংলৈখোল মরুপ—১৬

(i) মিং-চহি-মলাই-লৈকম ____________

____________

____________

(ii) মিনকম হৈনবী ____________

____________

(iii) করম মকমগী মখলগী মরুপ ?? ____________

____________

____________

লৈহৌ অমিন্দ করুপ থাবিররস্ত ____________

# ৱাহং-পাওথূম

পাউথুমজরিব—কংলৈমযুম লাংদাইব

১। হরিকুমার য়েংখোম, আসামীজ তিচর, বোরখোলা মনিপুরী এম. ই, স্কুল ( পি, ও, বোরখোলা ), আসাম।

ৱাহং—ইকাইখুম্নরিব লাংদাইব, মীতৈ ঐখোয়গী লাই হয়াওবদ কোরিফাবা নত্রগ খোরিফাবা হায়দুনা তৌরিবিগী মুংগী ঈচেল করিনো ? অদুগ মীতৈ মনা লৈপাক কংলৈপাক্তা কংলৈ ঈয়েক চৎনবসে সরকারগী ওইন কয়াম পাক চাউন সন্দোক্লবগে ? খঙজনিংই।

পাউথুম—অরিবদ লাইনিংথৌ খোইলীফাবা হায়না লৈ। হকচাংগী খোইলিক য়াংলম লম্বীবু কাহুন অচং-অহিং কুমহৈ সাম্নরিব লাইনিংথৌনি। সলাইলেন সিদবন কোম্হৌজম চম্ন তফা লাইরেম্বীবু লৌহুন পোকপ খোইরীফাবনি। নোংদোলদগী কুমথরক্তুনা ঈপুথৌ পাখংবম্বা লৈপাক্ত. তফা লাইরেম্বী মমাবু উব ফোইজিং চীংদোলদ লৈথি হাম্নবদি সিংলী পাফলগী তুথুপসিংদ য়াতাহুন লৈববুনি।

কংলৈ ঈয়েক অসি কংলৈপাকী ক্লাস vi ফেন্দাদ´ লৈব স্কুল পুন্নমক্ত তম্নরি। ত্রেনিং ফজন ফংহৌদব স্কুল চীংদ থর তমদ থর চিথফোব লৈরি। অদুবু মহৈ লোয়সংন পুমথুং থূংহনগে হায়রবদি থা ১ ফান চংলোই। অসিত নত্তন লম্নাই ক্লব অমদি লুপ কয়ান লৈপাক সিনব থূংন অতৈ ক্লাসকী অমদি মহৈরোয় ওইত্রবসিং হৈহৌনব থৌদাংস্ন পাক চাউন থৌদাং ম্নানব্রি।

২। ওইনাম তাংথুল মীতৈ, থুনৌ মুলেরতম, কসার।

ৱাহং—লাইনিংথৌ হায়বদি করিগী, করম অমসুং করব থৌথোক্তবগী কৌথিবনো ?

পাউথুম—লাইনিংথৌ হায়ব মিংথোল অসিদি ইহান হান্ন সলাইলেল শিন্নব অমদি সনামহীন কংখিবনি। লাই কয়ামরুম মখাদ লৈব লাই কয়ামরুমগী রায়েল ভৌরিব লাইবু লাইনিংথৌ কৌই। অছুগ অতৈ লাইনিংগী মিংথোলদ য়াওরিবসিদি পুয়া অয়াব্দ লাম্নিংথৌ হায়চুন লৈ। লাইম্নিংথৌ হায়বগ লাইনিংথৌ হায়বগ মপুংব মান্নরবসু অতৈ মরম করাদ থেন্নে। লাম্নিংথৌ হায়বসিন উমংলাই কাওবদ পিব য়াব মিং-থোলনি। লাইগী নিংথৌ হায়ব মিংথোল অসিদি অচৌব লাইসিংগী কমনি। লাই কয়াগী মথক্তবায়েল তৌব ওববুনি।

৩। ইবোতোম্বী লুরাং গাইলি ভিলেজ ( নাগালেন্দ )

বাহং—উজ্বা খোরিলাংব, কংলেখোল, হৌজিক হৌজিক চংনরিব কেলেন্দরসিংদ অনিরক পানব অমদা নোংম লৈতব হায়বনচিংব চংনরিব অসি সনামহী লাইনীং চংলবদি করম থাপালোন্দ লাইথৌ ভৌগদগে? মসিমক্তং তাকপিরকউ।

পাউথুম--পুং ২৪ ন সাব থুমিং খোরকপ খুদিংগী ১/১ মম লৌচুন পারিব নোংম অসিগী মমুংদ থাগী খোঙচংন মচেং মচেং চংব য়াওরি। মচেং ২ চংনরবদি নোংমতদ থাবাল ১ সুন লৈরে। থাগী খোঙচংকী তাংকক অমদন থাবালগী খোঙচং অমথক্তন থুমিং ২ দ চংচুন লৈব য়াও-রকই। মতমচুদন থুমিং নিনিদ থাবাল অমতমক ওইগনি।

মতাংসিদ থাবালন ২ রক পান্নবদি অকোনবগী থুমিত্ত লাইগী লাইথৌ ভৌগনি। অকোনবগী থাবালন মপূং কারকপগী থাবালনি। থাবালদন নক্তন থাদসু থারোম্নব লৈ। খুদম ওইন সজিক্ত থাদ থারোন-নরবদি অকোনবগী সজিকু নোংম পানবচুদ চৈরাউবগী লাইথৌ ভৌগনি। লৈছুং লোমজা অরিবগী ( লৈছুং লোনজা পাথংবগী ) হাকথক্তসু সজিকু থারোম্নচুন অকোনবগীদ লৌচুন চংনরকপগী রারী পূরাজিদ ইছুন লৈ।

৪। তোলেন মীতৈ, কাগার খুনৌ, আসাম।

রাহং :— ইয়াম্ব লাংদাইব, মরৈপাকপু মুংসিদব মথালোলবু মীরাইব, মসাগী লাইনিং লাইসোনবু খোংলোইনব, মপুজিদ হিংননবগীদমক পলেমগী হৈরাং চারগ চাউরক্লগ পলেম ঈমা কৌনিংদব অসিগুম মচাবু মালেমসিদ লৈরমগত্রা ? ইমাম্বগী রাখল্লোন থরদং তাকপিরকউ।

পাউথুম : থিরুবদ পংথেং থেংনরোই। লৈরিব মকম হায়ববু মসাগী মন্নেক মমিং ইবকাওব হৈগে নিংত্রব, ' মীরোল মাম মাওসিম্পুন মা ভাংবন অহৈবনি থত্রব, মচা মসুগী মমিং থোনবদ মীরোলতন থোল্লগ পেন-জব মীগী মমাদ ঈমা কৌগনি থনব মীন মকোক্ত তিন্নাং সিংলকপদ মহোংবী কায়গনি খন্দুন তৈংথাকুব—মকম অহুদ মীওইসিং অহু লৈরি। মখোয় অহু অনম অহা চুরব মপোক কৌই, মীথা থাহুনত্ত লৈরগদবনি। +

—লমাই ১৫০৭ গী মথা

মতম মু মং হমনিগী মমাংদগী মথুং হুমিৎ হমনি ফাওব নোংমদ ১ রক ( অমুক হুমিদাংগ্রাইরমদ ) চারবদি ঈ লিকপ অমদি যৈথংপ যৈ।

(ii) ম'তৈ চপ্পা। মসিন কথ খল্লগ ভংখাই অমমমগ থোইহি চমস অমগ মীতৈ থুম শঙ্গেংবত্থু মরাক চাগদব চাং হাপ্লগ নোংমদ ২ রক অমুক হুমিদাংবাইরম অভনবদ খোংকাপ মমাং চয়োল ১ অমদি খোংকাপ মমুংদ থকলবদি ঈ লিকপ কৈ।

ঈ হেন্ন চংপ :— ঈ হেন্ন চংপদগী মাং কংসিনব, ফুহু তাইরকপ, মাম্বব অমদি হকচাং মথেং তারকপ ওইরকই। ঈ পৌগনব চন্নুরা থুদিং-মন্ন ঈ হেন্ন চংপ হেক উবগ লায়ম্নেংহৌপদবনি।

হৌদাক ওইন মথাগীসি কায়গনি—

(i) অংকোং অতৌবগী মকু অথম্বং মমা তোলা $\frac{1}{4}$ (মসুং), ফবো মুয়োকসি তোলা $\frac{1}{2}$ (ভংখাই) লোরম হুমিং ৭ নি ঈসিং পৃল কংনানবদ য়োতুন থব ঈসিংদ ভক্তুন অমুক মুংথিল ২ মক নোংমদ থকলবদি ঈ হেন্ন চংপ পীকথরকনি। মসিদি ঈ লাকপ মতমদ তৌব মাই।

(ii) ওকচাক থোবী পাম্বী মরাগ লমুথরোপ মুম্ন মুংলগ হুমিং ৭ নি থকলবদি ঈ হেন্ন চংপ কৈ। ( হৌদাক অনিদি ঈ নোংমতং লাকলম্লগ লেপথিবমম্থু কৈ। ) +

# ঙসি ঙসিগী কসারদ কংলৈচাসিং

> কংলৈপাক রাংমগী লাতম
> —লাতম অসিদ কোংদোকপিরকপ
> মত খুদিংমক অইব মসাগীনি।

—সিনামচা খুমন অপানব
লোনাই বেরবাক কসার।

**বাহৌদোকী পরিংদ বামাও ওইন থজিক:—**

ওসিগী লায় থংমরিব মীং মনিপুর অহুঙৈগী ঐখোয়গী কংলৈপাক লমদমগী লৈরাংকী বাংমদ লৈখিব থায় তায় চোইম খুন্দা-লৈতাখিব লৈবাকসিংগী মনুংদ থংনব লৈপাক আসাম্ম খ্বায়দগী মরাম হায়ব য়ায়। আসামগী লৈজরিব দিস্ত্রিকসিংগী মনুংদ কংলৈচাসিংস খ্বায়দগী নক্ক লিংন মীসিং য়াম্ম খুন্দাগদি কসারনি। হায়রিব কসার দি-স্ত্রিককী মনুংদ লৈরিব মলক নাইব লমসিংগী মনুংদ মরু ওইন লোনাই সার্কলন কোল্লিব কোল্-প মীতৈ খুদং থরতং থনগৎলগ অমসুং অপুনব দিস্ত্রিকপু চাউরাক্ক পাকতরব মীৎয়েং অমতং চিংসিল্লপ ঙসি ঙসিগী ওল্ল-ক্লিব ঈহৌদ কংলৈচাসিগী ঈনাংকী ওইব কন্নীংবগী বাথ লাক হৌখিব অমসুং লাকপ য়াব মওং থরতং সংকংতুন থাঙংচবনি।

অহুগ মপান লমগী কংলৈপাকী ( মনিপুর ) বংদ থাপন চোইন খুন্দা লৈতাখিব থংবব লৈপাক অমসুং অথাপ অনক লৈপাকসিংগী মনুং মপানগী হক্ক মৈনব মরাসং মীহৌরোম্ম য়ুফম ওইরগ ইব বারীদি ঐন মচাক লাংন্দুন অনসুং খো জন্দুন ঈগে খোয়াংলিব লোয়নব লাক্লিব ১৯৮৮কী "সনামহী লাইনং অমসুং পুন্সিরোন খুঙম' ম্নপ-চিন্নগ "সলাই পুন্সিফম" অনসুং কংলৈপাক খোসিনকোনগী চহী ২৫ সুবগী সিলভার জুবিলী থোরমগ মরী লৈনন পুথোক্নদোরিব লাইরিকগী কংবিগনি।

ঈনাংকী লমদ কলারগী অহানবা ঈহৌন কংলৈপাক

অমলকপ : — মখি মায়ন মুৎথ লিথকরবা লন্নমহৌ লাইনিংগী হকলব খৌরাং পুরুন ঈনাংকী অহানবা ঈহৌ খৃঃ ১৯৬০ দ পুরকুন কংলৈপাক লমদম য়োরকখিবদি কলার ঝাকিরবন্দ লাইনুংথুন্দ পোকপ লৈথিরবা অহল ইবুঙো নাওরিয়া ফুলোনি। হকলব ঈনাংকী খোংচৎসিদ থাবগী নরুন মথৌন ফ্রুদোক মতেং পীখিবদি হাকলোংবী লাইনুংম কৌথিনি।

কলাবদ ঈনাংকী ওইব লুপসিং :— ঙসি ঙসিমক কলাবদ ঈনাংতগী ওইব লুপ অমসুং লুপসিংগী মমিংদি সাথিন মদিং হৈ। অদুবু অপুনবা মথল মথেলগী লুপ অমসুং লুপসাসিংগী মসিংদি অতৈ অতৈ লমদমদগী থোইদোক্না মসিং তাদে। অদুবু পুম্মকসিগী মথক লুপগী মমিংতন ঈনাংপু চাউন ফুংসিনবা মপী তাসিনব মথৈ কোন্দুন কপসিনব লুপসিংগী মসিংস্থ কয়াম লৈভব নত্তে।

কসারদ লৈরিব ঈনাংকী ওই লুপসিংগী মখুংদ পনব য়াবদি — (১) কংলৈ ঈনাং সিন্দমলুপ, সোনাই বেরবাক-চান্দপুর ২) মীতৈ খুনাই থিলেল লুপ, বনভরাপুর, (৩) উমং লাই ওাক সেনলুপ, লখিপুর অমসুং সোনাই ব্রাক (৪) নহারোল খোরি'য়াল সিন্নলুপ, লখীপুর (৫) পোরমলেন মরূপ, ফুলেরতোল, (৬) অপোকপ মরূপ, ঝাকিরবোন্দ (৭) আসাম মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, শিলচর (৮) মসা সংলেন, কংলৈপাক থৌ-সিনকোন কলার বাখাল (৯) অপোকপ মরূপ মরুচীং (১০) ওল আসাম মনিপুরী স্টুডেন্ট ইউনিয়ন, শিলচর (১১) ওল আসাম মনিপুরী উইমেনস ৱেলফেয়ার ওরগানাইজেসন, শিলচর অমসুং (১২) আসাম মনিপুরী কলা একাদমি, ইম্ফখোলা শিলচর (রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র কলা তীর্থ) অসিনচিংবনি।

অদুবু ফংসেংনমক ঈনাংকী দমক্ত কথোকলব পুকচেলগী লোয়নব বিহয়য় লৈকল মপান লমদী কংলৈচাসিংগীদমক অমসুং মখুং মপান

তু-ম রাখল্লোন তান থৌংসনন্নন ওন্নক্রিব ওসিগী থুনাইগী অওনব রাওলন চোংখোক্নন হিংলিব লুপশি খুপনী - "মসা মঙলেন, কংলৈপাক থৌ-লিনকোন,- কসার বাখাল" অমসুং "কংলৈ ঈনাৎ সিক্ষমলুপ, সোনাই বেন্নাবাক-চান্দপুর" ( এফিলিয়েদ বোদি, কংকান ) খক্তনি।

সাথিন নৌরিব, মৌরবসু রাখল্লোন ফজব মীওইব ক্ রুপন হিং-কম থোকপ, মাগী কংকম থোকপ অমসুং ভাককম থোকপ সক্তাক (Identity) সেংন কন্নুন ভাক্কব আফাংব সিংনব অমগ লোয়নন চংথ-রিব লোল, মরেক, লাইনিং অমসু' মরী লৈনব ঈপানাৎ-ঈপুনাৎকী-দমক চুম থাংহন চংসিন্নগলিব খোংজংদ নিংজব লৈত্রব তোমথিন ওইব লুপনি।

মতুং ইনব ওইন :— "মীতৈ থুনাই থিলেল লুপ" বনতারাপুর, 'অপোকপ মরুপ' বাকিরনক্ষ, "উমং লাই ভাক সেল্লুপ.' লখীপুর; অমসুং ঈনাৎকী ওইব ঈহৌগী লোইনসিলোন ১দি নৈনসিলোনগী মতাংদ 'নহারোল খোরিরোল সিন্নুপ' লখীপুব অমসুং 'আসাম মনিপুরী সাহিত্য পরিসদ' সিলচর পনব য়াম্ন। শসিতসু নত্তন অতৈ মথলগী লুপসিং ময়াম লৈবগী মসুংদ 'ওল আসাম মনিপুরী উইমেনস বেলংকয়ার ওর-গানাইজসন' সিলচর অমসুং 'ওল আসাম মনিপুরী ষ্টুদেনস ইউনিয়ন' সিলচরসু ( AAMSU ) অমনি। অচব্ তুংগী রাখল লমদাংগী মমি সামলব ভাক্ত ওইন তৌই।

কসার ( আসাম ) অমসুং কংলৈপাক (মনিপুর) অনিগী মরী :—

লমদম অনিসিগী ভৎন-থানব য়াম্বে মীহৌরোলগী ভাংকক কয়াদ মরী লৈবত নত্তন ওসিসু লোইনসিলোন ( literature, সাহিত্য ) ১দি নৈনসিলোন (literary criticism, সাহিত্য নৈনব) গী লমদাংদ অসুম্মক চাওরব মরী লৈতব নত্তে। অদুবু করামুক চেংপ মরীনো হারবহদি পুক্সিং মুংসিনিংভাইনি, মরমদি ঈগী কয়াদ অমদি লোইনসিলোন, মথাদি লমাই ২৫৩২ দা

# তিলীয়াংলি সাজেল

—কৈথেল্লাকপমচা চাউবী মঙাং
সিঙ্গাকপ, সনাই কাংলোন সিন্দমসং।

তীংলি-য়াংলি সাজেল হায়বসি অয়াম্বন খঙনদ্রে। অদুবু থায়ন সান্নরম্লিব কান্নরব সাজেল অম ওইব মরম্ম মমিং অসিদি মাংদন লৈরি। হাইকেং মান্নবদ য়াং থেক্তোকুন খুং থাজংহনবা মান্দ মাল্দ তৌরম্বসু কোক্লব মান মান পামজব মওংদ তৌব সাথেক মওংসিবুস্ম অয়াম্বন তীংলি য়াংলিব হায়ন খঙন রি। অদুন্দি মমিং অসিদি মাঙ-খিদ্রি। হৌজিক মাঙখিদ্রবসি তীংলি-য়াংলি সাজেলগী অচুম্ব পুন্সিরোনগী কা লোন অম্নি।

পন্সিবোন মচাগী কাংলমদ তীংলি-য়াংলি সাজেল অসি য়াহৌরকপ খোঙ লৈপাক তাদ্রিঙৈদ সাম্নমম্ম তাংলব কাংলান অমনি। হৌজিকস্ম সাজেলন লায়য়েংব মাইব অতন্ম, খুৎলি খঙব মাইবসিং অমদি হায়ন লাংলোন (হুলা) খঙব অসলসিং থরচি সাজেল অসিব চুম্ব খঙলি সাজেল কাংলান অসি সনাই কাংলোন সিন্দমসংগী "পুন্সিরোন-লাইনিং" তম্বগী ৪ স্থব সিম্বাক্ত (ফান্স্ব্ব ডেস্পার্তা) সিস্মম পরেং (সিলেবস) ওইন য়াওরি। কংলৈপাক নুমং অমসুং মপাল লৈপাকী চম্নরা শীবা চা কয়ান কাংলান অসি সান্নরি অমদি মমল লাইরব কান্নব কয়া ফংদ্রে।

কিথুপকী মওং — ফিথুপসিং সান্নব হৌজিঙৈদ পুক্লিং অসি লাকসিন্দুন মপান নাইদব মপুগী তীং অদুবু নিংসিংহনন তুমিন্ন মিনিৎ ১ য়োম লৈগনি। মথংদ মথাগী ফিথুপ পরিং অসি চথগনি।

(1) য়াহৌরকপ খোঙ লৈপাক তাদ্রিঙৈদ পুকহৌ সাজেলগী হেক মথংদ (পুকচৌ সাজেল হায়বসি পুক অমসুং থাং য়াংলেনগী করব সাজেল

অমনি, তীংলি মাংলিসাজেল নামনবনীদমক মোন থোথোক্লগ লোইন, চনিং তান, থুং অনিমক তিংন চুম নাক য়েত্ত থমহন হিপকনি।

(ii) মথক্ত নিংসা অসি তপ্প সাংন সাংন অহুম্বক হোন্দোক হোন্নজিল চনিং তান, রাখলন মপান নাইদব কোইরৌহনব কুমিংকী মরাম্বু ( সোলার ইনর্জিবু ) ফিংজিন্দুন সান্নগনি।

(iii) মথংদ সক্তমন উৎলিব অম্মুম থুং-সা ০ অসিন ফমুংগী কমথক্ত থুং-সা'১০ মক কন্দোম্ম নমথহুন নিংসা তপ্প তপন চিংসিন্নকনি।

(iv) নিংসা তপন তপন চিংসিন্নকপহুগ ইরোইনন কোক্কী লুখমগী সক্ক থনিং অমত্তুং থুং-সা ১০ গন ভাক্লৌ ওইহুন হকচাং পুম্মক য়াং থেকংন ফুক্কনকনি। ( হকচাংগী পাঙ্গল থম্ম রাংলিব ওইরগন থেকং-লমদাইদ ওকসম তংশাই অম ভূংলোম্মব থেকচিম্ম থম্মগ লাম্মন ফুক্কৎপ ওম্নব থৌরাং তৌহৌগনি )।

(v) অম্মুম্ম য়াং অসি লিক্লংগী ফিথুপ্ত থক্তুন লেংহন্দম ১-২-৩-৪-৫-৬-৭-৮-৯-১০ ফাওব তপন তপন রাখলন মসিং থিহুন নিংসা থিংলগ লৈগনি।

(vi) মথংদ থুং-সা ১০ অহু থাদোকপ য়াংনব থোও ২ মকী থোক্তচেপ ১ মক কমুংগী লৈমায়দ নাক য়েং হাইথহুন ভাক্লৌ পিরগ থুং-সা ১০ অহু থাজংলক্তুন থুং য়েং-ওই ২মক কমুংগী লৈমাবদ নাক য়েং-হাইথহুম ভাক্লৌ পিরগ থুং-সা ১০ অহু থাজংলক্তুন থুং-য়েং ওই ২ মক থৌইদৌ মপাদ পুথক্তুন থনম ১ গী মথক্ত থুবাক ১ থমহন পুক সোক্ল-হন্নন থুদোল ও লোম রাংথংন তাউন থমগনি। ১-২-৩-৪-৫ ফাওব লেংদম লৈগনি।

(vii) মথংদ হাক্লগী থুংসা ১০ নমহুন লৈরব ফিথুপ অহুদ হনজিল্ল-ক্লগ তপ্প তপ্প নিংসা হেন্দোরকপগ ইরোইনন অহৌবগী ফিথুপ্ত হনজি-ন্নকনি।

খওজিনগদব - তাংকক ৫ সুবগী মসিং থিব অসি ওয়াকপগী মতুং ইন্না ১৫-২১-২৭ কাওব চথব য়াই। অসুম্ন সাংদোমরুবদি থৃং-সা ১০ সং-ত্রিউদ নিংসা ১ হোম্দোক্লম্লগ অমুক চিংসিন্দুনা থিংবদ তাংকক ৬ সুবগী ফিথুপ্ত চথরক্কনি। তাংকক ৬ আসদস্ন মসিং ৭০১ কাওব চথব য়াই। মতম-গী অমাং সাংদদি মসিংদি লেংদন লৈহল্লগ মসিংথিবদ তপথহুন সেমগদবনি। মসিং থিবগী লেপক্কমদি হেনগৎহন্নব. তীং হৌদোকপগী সাজেল থুদিংমক অস্মুম্ন চং তাবদত লোইগনি। মসি পুল্লিরোন অমদি সনামহী লাইনিংগী ফজগ্রন রাথলোন অমনি।

কান্নব তীং লিব; য়াং লিব হায়ব রাহৈসিং অসিদগী তীংলী-য়াংলি সাসেল থোকখিবনি। মতীং লৈব পুন্সি অম সেমগৎপদ সাজেল অসি লাম্বা লৈতন কান্নরব কাংলোন অমনি। চহি লিসিং কন্নাগী চাংয়েংদ মমল নাইত্রব কান্নব কয়া হুকথেংনন ফংনখ্রবনি।

(i) তীংলি-য়াংলি সাজেল অসি মাহৌরকপগী সাজেল ওইব মরম্ন পুংসি চুপ্প সুকাই কাইহন্দন সান্নব ওয় তাংলব কাংলোন অমনি। মকম অম সেম্ব চংদে, মতম চ দে, থৌওইন মতম-মকম কাইথোকদব লৈতব মরম্ন সাজেল পুম্নমক্কগী পাংথোকপদ লাইব হেল্লি। ফন ফরবস্ন চাং নাইব রাগদব সাজেলসিংদি মহৈ ফংন সান্নরুব ওমনদে।

(ii) তীংলি-য়াংলি সাজেলন সান্নম্নিব সান্নম্নোয অত্ত পুনসিচুপ্প থ্বাং কোলহন্দন, তীং-য়াং চুম্ন থব ওমহল্লি। সাজেলসি সার্মাথব অহল অমত্ত থ্বাং কোনব লৈখিদে।

(iii) মীওইনগী পাক্কল পংন্নমক থ্বাং-য়াংলেন্দ লৈ। থ্বাং-য়াংলেন লোইনাইন্নব মীন মপাক্কল ফন কন্দুনশু অহকপ থবক অমকাওব পাপংজিদ তৌব ওয়োই। থ্বাং সোয়বদ মী অত্তগী পংনসিত্ত্ব সরুক ১০ থোকপগী ৯ দি লোইন্নবনি, সিম্বা অমত্ত মপুং ফান পাংব ওমদে। সাজেল অসিম থ্বাং য়াংলেনবু চুম্ন থম্বত নত্তন মপাক্কল হায়নিংত্তাই লৈত্তন কলহল্লি।

—মথাদি লমাই ২৫৩৩ দা



কাংলোন সিন্দমসংগী চনুরা পাথৌ কংলৈম অমম্বং পিবা পাথৌ মঙাং অরাব অনিন তিংলি-য়াংলী সাজলদ থুংন ঙাক্লৌ পিব অমম্বং থুংপুমথা থাদোকপ সক্তমসিং উংলি।

---

হকচাংগী অকম্ব পুম্নমক য়াংতন প ব ঙথ হ য়ুবসি মতৌং লৈব পুনসিগী মিৎন উব থুদম্লি।

(IV) সাজেল অসিন ইচম চম্ব মী অমবু থুং-সা অমদি পাম্বোমগী পাঙল মতীক চান কলহল্লি। পা-ম্বাম মক্ত, পাম্বোম থক খাগী মকল, থুদাংগী মকল অমদি থুং-সাগী সিংলিসিং মপাঙল কনখংহন্দুন পুন্সিদ মতৌং লৈব ওইহল্লকই। থুংকী থবক কয়াদ মতিক চান মায় পাকপ ঙমহল্লি।

(V) ঙকসমগী মকল অমদি কোকী সিংলী নাউরীসিং মপাঙল হেনগংহন্দুন থক্ত নুংসিৎ হাইগংপ, ঈগী ঈচেল কাইরকদব কয়াদগী কনব উম্মী। ঙকসম অমাদ কোকী লায়না কযা কোকহনব উম্মী। কোক ঙাওব কোক চিকপগী হৈনিংদব লায়না কয়া ভপন তপন ফরবই।

(VI) যাহৌরকপ মতমদ হৌদোকখিব হকচাংগী তৌং অসিন নুমিৎ



সনাই কাংলোন সিন্দমকংগী সিন্নাক পুরেলন কাংলোনগী উজাসিং খন্দুন মমল য়াম্নব পুকিরোল অমস্তুং হুলাগী কাংলোনসিং খোমজিল্লকপগী ব্রারী মথংগী কাংলোন নৈনব মরক্ত ফংবীগনি।

---

চুপ্লথম হকচাং অমস্তুং পুক্লিংবু মকা লাম্ব ওইহন্নবদ মতেং যাম্ন ওই। ঈগী ঈচেল ফগৎলকপ মরম্ন ক্লমিৎ চুপ্লগা ওইন হকচাং য়াংহনব ঙম্লকই।

(vii) নৈফগল-থুবোম, থুজেং অমদি নিংচুদগী হৌরগ কম্নাক মরী পরেং অসিগ মপাঙ্গল হেনগৎহন্দুন ঈচেল ফহল্লি। পংথব সিথব, সজিং হৌগনব লায়না কম্নাদগী কনব ঙম্মা।

(viii) নিংসা কাংলোনগ লোয়্নন সান্নব সাজেল ওইব মরম্ন অমদি নিংসা মপি যম্ন হোন্দুন পুন্সি মথেং তাখিগদব নৈত্রব মরম্ন পুনসি মুং-সাংব য়াম্ন হেনগৎলি থগোম্বী, ফিরাক অমদি নৈদ অঙকপ কাম্নব পি।

(xi) পুন্সিরোন মচাগী সাজেলসিংগী মমুংদ তীংলি-যাংলি সাজেল অসি য়াম্ন অথম্নব অমনি। তেনগ্রব মতমদ হায়নিংঙাই নৈতন কাম্নব পিব ঙম্ব সাজেলসিংগী মমুংদ চি খৈরোল অমস্তুং তীংলি-য়াংলি সাজেল অসি অথম্নবনি।

রাবোই— মতম সাংন সাজেল অসি সাম্নরক্লব, থুৎলোইরব, ফিভম-যথুপ হকচিম্ন খঙলব, মুং অমস্তুং পাকগী কাংলোন স্নন খঙলব অখঙ-তহৈসিংদগী চুম্ন তমদুন পুক্লিং চপ মুংন তীংলি-যাংলি সাজেল অসি সাম্নব ঙম্নবদি পুন্সিচুপ্ল কাযহন্দন সাম্নব য়াম্নব সাজেল ওইবন হায়-নিংঙাই নৈতন কাম্নব মহৈ ফংবিগনি। +

—লমাই ২৫৩২ গী মখা

কংলৈপাক্কী মীৎয়েংন থবক লমদ মপান থোরকপ ঃ— কংলৈপাক্কী লৈরিব মসিং নাইড্রব মখল মথেলগী ঈনাংকী ওইব লুপ— লুপসা'সিংগী মমুংদ মপান লমদ মরু ওইন কসারদ— অত্থৈগী চহি তরেৎ খুন্তাকতৈদ যুমগাই লানগাইনহুন খাপন চোইন কায়নখিব খুন্দা-লৈতাখিব কংলৈচাসিংগী খোঙ্গুল লীহুন ঐখোয়গী মায়কৈ ভগীরক্কুন ঈনাংকী অসেংব সক্তম অম সাগৎমিন্নব অমসুং ফুদোংলব অসেংব সক্তম অমগী মমি ভাহনব ওন্নব অমদি ঈনাং কনমীন্নবগী ঈহৌদ কল্লব সাকু পীবীরম্বদি খৃঃ ১৯৮২-দ স্থম্নগী ওসিগী "সলাই পুক্কিনম' কংলৈপাক থৌসিনকোন" ইম্ফাল মত্তোমতনি। অস্নুম্ন ঈপানাং-ঈপুনাংকী অসেংব লল কয়াবু কনমিন্নব ওইজব পুমথ। থাদোক্লব কংথোক্লব পুকচেলন সেংলব থম্মোযগী মক্তুব চাওরব লগী সেম্বীরম্মী খুৎসম্নন চৎমিন্নবব।

কংলৈ মীতৈ মযেককী মীৎযেং অমসুং কাউন্তর :—

কংলৈপাক্কী কংলৈয়াল ইম্ফালদ কংলৈ/মীতৈ মযেক লেপ্লে তাবদ মপান লমগী ক লৈচাসিংদ হরাও মুংডাই ঈপোমদ মীৎকী পীগ লোয়নন পুক্রিং ভুজুং মুংসিন পী সিন্থ্রে অপেনবগী। কুইন লেপ্ল ওমলক্লব কংলৈ/মীতৈ মযেকী অসেংব অচুম খোংজং উবদ অমসুং ঐখোয়গী সক্তাক পীব ওমলগনি হায়বগী থাজব অচেৎপ ব্রাখলদ লোয়নন সৈসকই —

"লোলন ঈমানি।
ঈয়েক্ক ঈপানি।
ঈপা লৈত্তে ব্রারম্ব
মীন থীন হায়নব,
ঈপা মসক খংদব
ঈমাদ ভোয়ন হংজব,
ঈমাগী পাউথুম অসেংব
ফংজরে ওসি কোরৌ নোং
ঈমান তাকপীব ঈপাসক।।"



Regd Number 34203/29 New Delhi   Kangleikhol/Rs 5 00

...মীংকী শীৰ ...ন আপেনব কোংদোকই।

অহুব ...দব মীংয়েং থূব পুকচল শীকপ থম্মোই পান্দন ঈপানাং ঈপুনাংপু নুংশিব থওদব অচুম্ববু উরগ ইকাইব মীথিবাং মীতথান কংলৈচা থরদি পেন্দবগী নিংসাগ লোযনন নিংদোল পোম্ম মুকম, মুকম সোন্দুন অপং থোনান হাই-কোতকী মাইকৈ তথ রারী সীংঙল মেরামন লৌব হৌরকই—"কলৈ, মীতে মহেক লেপলমদাই কংলৈযোলগা কংলৈ কনান তাকলক্কে, মীংযং অনি থেন্নন অচান মীরাই লাই, মীচং মীথাই নাইন মীচং সঙ্গল চাউবন কল্লক পেম্ম লেপখিববু ঐথোযন বরি য়ুকম থোকপাগ? কেতকী মতেং লোব তাবনি, লৌবি" অসিনচিংব।

মযেককা তকসিনব - আসাম সরকারগী লৈতাক লোংসগী মরী লৈননা অথোবিতসিংদ মযেকা মতাংদা তকসিনক হায়রবসি মতম হেন্নব রাকমনি। অহুবু মতৈ তাকপ সতসিংদ ইনফ্রিমেন্স তৌননব তকশিনবদি লাইরতুন তাযোম্নন নাওরিবা মাযক- য়েলহৌ মযেকপু নোন মোগংলগ ইনৌংনৌন হংতন— মীৎ মযেক লেপখ্রনরা কা হায়-তুন হন্দুন তাংবন মথৌ ওইরি। মসিমক্ত, লৌংজল মাম্নদব অসোনব মরকসিদ মীয়ান মচা থুযা ফাত্রব বীষ্ণুপ্রীয়া সিংন করেম্নন হাগোই সাবনি, সারি। অত্তগ কুম্মে যেংলি = লাইরিক ইহৈন যোমসিন্নব মঙ্গং মপানগী মখল মথেলগী লুপসিং হৌগংলক্রিব ফকপসিগী মুন্নীরেন ওই-রকদৌরিব অমম্নং তুংগী লাইবক লেপ্পগদৌরিব নহারোল শীবা-চন্নরা লিসিং-লিসিংগী মরাইবকপু সিংননা।

লাইনীংগী অচুম্ব অহোংব মীংযেং — লমদমসিগী নহারোল শীবা চন্নবাসিংগী থম্মোয় বাথলদ অচৌব অচুম্ব অহোংব মীংয়েং শীব হৌ-রক্লে। লোম্নন মীয়াম চন্নব, চহী য়াম্নব অচুম্ব মীংয়েংন চুম্ন য়েংব ওথ কয়াম্ন নহারোলসিংবু সৌগংলি লোংন-কোংন অমম্নং ঐথোযমক্ত মাং থাবদি নুংঙাইত্রে, নখোয়গী তুংদ লেপ্নি,' মাইকৈ অমরোমদম্ম—

—মথাদি লমাই ১৪৮৮ দা

এমজী, বাঙজৈয়ান খোরি লাংতুন চলাই পুন্সিফমগীদমক
গীতা প্রিন্তরস কাংঙবম লৈকাইদ নম্নগ ইম্ফালদ ফোংদোকচব।